# মীনমলে মাদি ওসি

ইরবা

নোংথোম্বম মাধব সিংহ

লম পুরমক অইবগীনি ]

মমল মূল্য ২'০০

# খাহৈ খরদং

লাইরিক মচা অসি অনিশুবকপা ওইনা ইজবনি। পংলবা ঐহাক্কী নিংলুবা আশানা খাখলগী শৈরোল ওইনা শৈথাজরুবতনি। ঐমক্কী খাখন্দা মসিমক্তা মপুং ফাবা নোভেল অমা ওইনা পুথোক-চনবগী খাখলস্থ লৈজদে। মসিদা অথং-অহৈ কয়ানা শৈদমজবনি হায়না খনবীত্রুনা অয়ান-অহুই কয়া য়াউরবস্থ ঙাকপীগনি নিংজৈ।

লাইরিক মচা অসিবু ফোংদোক্লবা হোৎনবদা মণিপুরগী এডুকেশন ডিপার্টমেণ্টনা লুপা খরা মতেং পীবীরকই মসিগী-দমক্তা তৌবিমল খংবা উচ্চরি।

অইবা

## কচচবা

শজিবু থাগী শিরমদায়
খিধি মাগী নোংদমনা
তাইবং শিহা ওইদুনা
শোয়বক্রবা পুংকমদা
মপুং মতম চাদনা
থ:ঙঙ্ থক্তা কেমথ্ৰবী
শমাধে দেখী ইংচেগী
শেংলবা খুজা খাদুদা
পাংলবা নৌপ্ৰা ঐহাক্কী
অনিতুবা রাথল' শৈরোল
কৈমেং শুঁদনা শৈশকচরকপা
"মীনমলে মাদি ঙনি"
কচচরি লিংঙ্গমহোদ্রবা নৌপ্ৰানা
মিংকী পিগা লোইননা।

নহাকী নৌপ্ৰা

# মঙোন্দসু

কান্না মৈখু মৈচুনরম্বা
মিংলেন নংগী নিংথিবা
মুংশিজরুবনা নংতবু
শৈশক্লরি ঙসিসু
অপাম মাগী কাদা
তারিগদ্রা নহাকপো।
নিংশিংলক্লি নৌহৌনা ঙসিসু,
চিক্লা থেংল' অহিং কয়াদা ;
নহাক্তনি ঐগী লেংদ্রবা মুংশিবা
হায়রম্বনি নংনা গুন।
অপাম মাগী কাদা
নহাকথক্কী শোইনাইহৌরবা থম্মোয়নি খন
মুংশি হায়না শৈশক্লরুবা
বারৌপুকথম্নমুশি
থম্মোয় ঐগী শেংলবা
মুংশিরুবনি নংতবু ঐনা

মাধব

# মীনমলে মাদি ঙসি

ফাইরেনগী মঙানি পানবা পঞ্চমী নুমিৎনি। ঙসি য়োমেশকী লুহোংবা নুমিৎনি। বসন্তগী লৈকোল লৈরাংশিংনা অনৌবা কুমদমলকপদা হরাওনা লৈশাৎ তমলক্লি। বীণাপানি ইমাসু বসন্ত লৈকোন্দা লেংশিল্লক্লবদা লৈকোল লৈরাংশিংনা লিরি হুম্বা মালংদা হায় হুমদুনা শান্নজরি। অসিগুম্লবা স্বরসতি পূজাগী লাংলবা নুমিৎ অসিদা য়োমেশতি মহাক্কী লুহোংবগীদমক্তা কম্না শেম শারি। বর যাত্রাগী মতম ওইশিল্লক্লবদা অহন-লম্মন খরা খরসু লাকপা হৌনরক্লে। মিৎকুপ খরগী মমুংদা ইমুং অদু মীনা চোম্না তিনখ্রে। নিংথিনা শেম শারবা লাইখন তানা শাবা য়ুমজাওনি। য়ুম অসি য়েংবদা য়াম্না পুক্লিং হুই। নিংথিরবা য়ুম অসিগী মাঙ্গোন্দা অহনবা ফক অমসু তরু তরু থাদুনা থমলি। ফক অদুগী মমাংমক্তদা হৈরুক পানা শেমদুনা ঘট অমসু শেমদুনা থমলি। অদুগা লোইননা ফজরবা মিংশেল অমসু খান্দুনা থমলি।

বর যাত্রাগী পুংফম য়ৌশিল্লক্রবদা রোমেশ ফক অতুগী মথক্ত চংশিন্দুনা ফমখ্রে। কোয়েৎনচিংবা হাপচিন্দুনা বর অমা ওইবগ হৌনবী পুন্নমক লোইখরে। লুহোংবা লাক্লিবা মরুপ-মপাংশি অতুনস্থ কদায়দা করি শোয়রি হায়তুনা রোমেশকী ফজনবা ব্রাখন্দ য়েংশিল্লকপস্থ কোঙ্গায় অমনি। বর শেন্নগদৌরিবা অহন অতুনস্থ রোমেশপু শেন্বী শাবীবা লোইরদু৹। স্বর পুংফম য়েংদুনা বর যাত্রা তৌখরে।

* * * * * *

বীনা, শক্তা গুণদা চংখোল্লবী য়াম্না চীং লেন্বী পলেম পন্থৌ অনিগী মরুম থুপ্না লৈজবী মচা নিঙোম্নি। বীনা মপুং মরৈ ফারক্তুনা যৌবন পুন্সিগী ইয়ায়দা খোংদাজরকপা নুমিত্তগী হৌদুনা মহাকপু উরুবা মীপুম খুদিংমক্কা মীতাজফম ওইরিবীনি। ফজবা ময়ামগী মরক্তা মহাকস্থ অমনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোক্লোই। বীনাবু পোকপা অহল অসি য়াম্না পুকচেল চাওবা লম অদুগী মচিল চৎপা নিপানি। মহাক্না মচাগীদমক্তা অওং অউন তমদুনা মচাবু থাজ-য়োঙ্গবা হায়বসিনা মহাক্কী অরেপ্পা ব্রাখলনি।

বীনা মুংশি মুংঙোলগী ঈচেল পংয়াউ য়াউদবা নত্তে। ইনখৎলকপা কনাগী পুন্সিদা করম্বা নিপা মুপীনা মুংশিগী ঈচেন্দা খোংদাদবা য়াওবগে ? বীনা, মুংশি ঈচেন্দা মপুং ফানা খোংদা-জরবস্থ চৎনবীবু য়াম্না কিনা চৎচবনা মহাক্কী তমজনিংঙাই ওইবা শ্রাজৎনি। মতম খুদিংমক্তা মপা মমাগী য়াথংতবু ইঞ্জবনা মহাক্কী শরুক ওইরিবনি। মহাক্না মপুংমরৈ ফারক্তুনা মুংশিববু শকখঙ-

নরকঙৈদগী হৌদুনা হায়ন-শিংনদুনা য়ুম পানবা হায়বসিনা মহাক্কী অচেৎপা ব্রাশকনি। মপা মমা ওইবশিংনা মচা নিঙোনগীদমক্তা অসুক্কী মতিক ৱাই। নিঙোন হায়বসিগী পুন্সিদা মিংচৎ হায়বসিনা অসুক্কী মতিক লৈখা তানা মাংহল্লি, অসুক্কী মতিক অৱাংবা থাক্তা থাঙ্গৎপী অসিমক্তনস্থ অহল ওইবশিংনা মচাগীদমক্তা ৱাদবা ঙমদে। অদুবু মতমনা য়ারক্তবনা মচা নিঙোনবু থাজ য়োক্তবা য়ারক্লে হায়বা খংলবদা মিৎকুপ নাহুম খুদিংমক্তা মচানুপীবু কুপ্না শেন্নদুনা লৈবা তাখি। অসুম তৌনা মতম কয়া লৈরকপনা নোংমা রোমেশপু পোকপা মপানা বীনাগী মপাবুংগা উনদুনা বীনাবু মচাগী মমৌ ওইননবগীদমক্তা হায়জরম্মী। কুষ্ঠীনচিংবা পীনদুনা শকখং মাইখংনদুনা বীনাবু রোমেশকীদমক্তা মপাবুংনা চিংনবা লৈত্তনা পীথোকখ্রে। পীনখিবা মুমিৎ অদুদা তম্মখিবা মচা নিঙোনগী লুহোংবগী অফবা মুমিৎ অদু ঙসি খংহৌদনা ওইরৱে।

বীনাখোয়গী শুমাং অদু ঙসিদি মীনা চোম্না তিল্লে। মাঙবকী ময়াইদা পালা ময়াম ইকোই কোইনা লেপ্লদুনা লুহোংবগী ইশৈ হোগৎখ্রে। মমান্নবী কয়াস্থ লাক্কুনা বীনাগী লুহোংবা য়াওৱরি। অৱাংথংবা শঙ্গোয় অদু অউন পোত্তনা থন্না থেন্দুনা থমলি। মুংশেল চনবা আলমারিনি, মদুগী মনুংদা শেৎন চানবা ফি-ৱোন মখল মথেল শুনা হাপলি। উপু অদুগী হেক নাকন্দা কাংথোল ফজরবা অমস্থ থারি। কাংথোল অদুগা হেক থংননা খুদা কাংথোল অমস্থ থাদুনা থমলি। মদুগী মমাংমক্তদা টেবিল মচা অমগী মথক্তা রেডিওনচিংবা লৈত্তেংগী পোৎচৈ কয়া অমস্থ

থমলি। ইমুং অমগী চংদবা য়াত্রবা কোল লিক পুখম, তেংগোৎ, সনাবুল, পীথ্রাই বালটিল, অনি অনিনা খুজিং ওইদুনা বীনাগী অউনপোৎ লাংদুনা থমলি। অউনপোৎশিং অদুতা য়েংবদা লুহোংবা লাক্লিবা মীশিং অদু অঙকপা অমা ওইনা মিৎফম হোংনদ্রি।

অসুম্না মীয়াম অদু গুরুদুনা লৈনরিঙৈ মিৎকুপ অদুমক্তদা বর শৌররক্কে মনেম ওইবীনা ময়াবু হরাওনা ওকখরে। লাক্লিবা মুপা ময়ুমগী অহল-লমন খুদিংমক্না মাগী মাগী ফমফমদা চংদুনা ফম্নখরে। বর অদুনা হেক চংঙকপগা লৈরমলিবা মীপুম খুদিংমক মঙোললোমদা গুম্না ওনশিল্লক্তুনা মিৎয়েং অমত্তদা য়েংনরক্লি। বর শেম্নরিবা অহল অদুনা বর অদুগা লোয়ননা চংমিন্নরক্তুনা সংকীর্তন খুরম্মু হায়দুনা তাক্লে। রোমেশ মহাকপু শেম্নরিবা অহল অদুনা তৌ হায়বা খুদিংমক অমত্তা কায়দনা তৌরি। খুরম্বা লোইরদুনা বরগী ফমফমদা ফম্লরে। মমান্নবা বর চৎলিবা কাংবু অদুনা বরগী কানচিংবা তান্দুনা ময়াম অদু নোক্লদুনা মাগুবকী অকোয়বদা ফমলিবী লৈশাবীশিং অদুদা চেপথ চেপথ য়েংদুনা লোম্ন লোম্না মীতারুরি। মরক মরক্তা অমুক অমুকসু লৈশিল্লক্তুনা বর অদুদা অমুকসু লক্লরি। অসুম তৌদুনা মিৎকুপ কম্না হোৎখরে। ঙাইহাক ফমলবা তুংদা ইমুংলোমদগী নিপা অমা থোরক্তুনা কন্যা পোৎলোই শেৎপা লোইরে ফোটো কাপ্পা য়ারনি হায়দুনা পাউ পীররি। থোরক্লিবা মী অদুগা লোয়নদুনা গ্রাফর অদু চংমিনখ্রে। হৌজিক্কী মতমদা ফোটো য়াওদ্রবদি লুহোংবা অদু ফাগি ওইনা উরে, অদুগা লাক্লিবা মীশিং অদুগী মমিত্তসু মরিং মল্লাংবা ওইনা উরে। করম্বা চাউখৎপা কনানা হৌদোরক্লিবনো

অসুক কনথ্রবা নীতিবু। হৌজিক্কী মতমদা লুহোংবদা বেণ্ড, মাইক, ফোটোনচিংবা য়াওদ্রবদি লুহোংফমদা অঙকপা লাঙ্জাও অমা থোক্নরিবনি। তান চাদ্রবদি কন্যানচিংবা থিল্লোই হায়দুনা তোকথোকপা য়াওরিবনি। কয়াদা কনথ্রবা মৈতৈগী চৎনবীনো ?

ইমুংদা ফোটো অনিরক কাপ্পা লোইখরে। সুমাংদসু বর শোনবা লোইরদুনা লুহোংফান্দা ফমদুনা কন্যা থোরকপা ঙাইদুনা লৈরি। ঙাইহাক্লুদা লুহোংবা লাক্লিবা মী খুদিংমক ইমুংলোমদা ওনশিন্দুনা ঙম্না য়েংনরক্লি। পোৎলোই শেৎপী অদুনা কন্যা অদুবু মখুৎ শন্নদুনা তপ্না তপা ইমুংলোমদগী থোরক্লি। শুমাং হেক য়ৌব-গা সংকীর্ত্তণ খুরমহল্লে অদুগী মথংদা বর অদুবু খুরমহন্দুনা বর অদুগী ওই থংবা নাকল অদোমদা মোনতেক অমা থাদুনা ফমহল্লে। কুজ-পোৎনচিংবা থাঙ্গত্তুনা বীনাবু পোকপা মপাবুংনা মচানিঙোনবু দান পীখরে। লৈ কোইবা লোইরদুনা বর শেন্নরিবা অহল অদুনা লৈ য়েন্দায়দগী কুণ্ড পরেং অনিখক লৌখৎতুনা কন্যাগী মখুত্তা পীরে। কন্যা অদুনা কুণ্ড পরেং অদু বরগী ঙকশমদা হুকখরে। বর অদুসু কন্যা অদুদা লৈ হুকখরে। বরগী লৈ হুকপদুদা করি তোথ্রবনো খুদক্লুমক্কদা ফমলিবা মীয়াম অদু ৱা-ৱা লাউনা নোক্ন-রক্লি। বর-কন্যা অনিমক ইমুংলোমদা চংদুনা কাংশুবীনচিংবা লাম্নদুনা মৈতৈগী চৎনবী লুহোংবগী থৌরম অমত্তা কায়দনা পাং-থোক্লি। মরক্লুদা খরা অমনা কপ্লি, খরা অমনা হরাওনা নোক-খেরি। খরা অমনা ঐখোয়গী কন্যানা হেল্লি হায়দুনা নোক্না ৱাহৈ কয়া অমসু থারক্লি। মচি অমদনা থম্মোয়নুংগী য়াৱাদি ফোংঙমদা শকহেল্লবী মুজা কয়ানা মথংলেন খোইমুবু উরুবদা হরাউ মীনোক

তমদুনা তনৌরবা নুজাগী খুত্তু না খুদুম কোমগোম তাদুনা মাঙ্গ নমদা থাবদি মিতাজবতা নত্তনা হুরান মিৎয়েং মিৎচানা নোকচবদা থংইদো। অসুম তৌদুনা লৈশাবী পাখং কয়ানা অরা-মুংঙাই পুম্বা অমত্তা ওইদুনা রোমেশকী লুহোংবা অশোয় অঙাম য়াওদনা মপুং ফানা পাংথোকখ্রে।

অসোমদা রোমেশপু পোকপা মমানা মমৌবু তরাম তরাম ওকখরে। বীনাবু মচামক্লি খন্না কোল্লদুনা পুশিনখ্রে। বীনা অতোপ্পা শাগৈ অমগী ইমুংদা তীন্দুনা ঙসিদগী হৌনা মৌগী শিংদা চন্দুনা মপুরোইনাক্তা লৈখরে।

## লুহোংবা নুমিৎকী অহিংনি

মখল কয়াগী ফজবা কয়ানা লৈতেংদুনা শেম্লবা লুখুম কানি। কা অসি হেক য়েংবদা পূক্লিং হুরি। নুংশেল চনবা নিংথিবা লাই কয়ানা ফক্লাংগী অকোইবদা থেৎলি। অরাংথংবা নাকন্দা হকচাং চনবা মিংশেল অমস্থু খান্দুনা লৈরি। অদুগা হেক থংননা রাল ঘড়ি অমস্থু য়ান্দুনা থমলি। পুংজা খুদিংগী য়ৈরকপা গোং গোং লাউবা খোঞ্জেন্না কা অদুগী অচিকপবু থুগাইরি। অস্থুক নিংথিজনা পূক্লিং হুরবা লুখুম কাগী ফমমাং অসিদা অহনবা ফক অমগী মথক্তা বীনা, তরু তরুরবা হঙ্গাম মপান মচুগী ফি মতেক অমনা মকোক খুমজিল্লদুনা ফমলি। মপাম লমদম নুংশিবা থাদোক্লম শেৎনরবা পলেম পম্বৌ অনিবু নিংশিংদুনা লমজাও খাম্বী মৈরাইনবগুম থম্মোয় মানদি নোংলৈ ওই, মায়গৈ খংদনা হুয়ক্তুনা খাম্বী মৈরাইরবনা চাক্লবা থম্মোয় লকান্নুংদা লোন্না লোন্না তেংথাজরি। লেপ্তুনা ইহৌরকপা

পিরাংনা মিৎলু নাপোম থুম্না শিন্থদুনা বীনা কপ্পমখৈ কপ্লুরে, মমায় মমিৎ অদুস্থু ইপোম পোমলে। অরেপ্পা লৈতনা শিন্থরক্লিবা থিংবা ঙমদ্রবা মিৎকী পি অদু তৈথোক তৈথোক্লা ফম্লম্বদগী হৌগৎত্তুনা কা অদুদা লৈরিবা ফি-রোনশিং অদু তপ্পা তপ্পা থুপচিন্দুনা লোইশিল্লি। ফি-রোনশিং অদু লোইশিনবা লোইরদুনা অমুক ফমথখরে। হেক ফমথবগা কদোমদগী হৌরকপা ইহৌনে। কল্লবা ইহৌ অমনা থুম-হৎখিদুনা শিন্থরক্লিবা পিরাংলক্তা মায়গৈ খংদনা তাউথরক্লি।

থেংজিল্লক্লবদা রোমেশ চংশিল্লক্তুনা বীনাগী মখুৎ পায়দুনা থেংলে তুমলুরসি হায়দুনা কয়ারক হন্না চিংখৎলুরি। বীনা, মপুরোই-বনা তুম্লুরসি হায়দুনা চিংখৎলিবদু করিস্থ থৌওইদনা কপচবতা মশরুক থংলি। থেংজিল্লক্লবদা চিক্লবা কা অদুগী মন্নুংদা নোংমতস্থু শকখংনদ্রিবা রোমেশনা বীনাগী লাংলবা থম্মোয়বু তৎতনা থেমজিল্লুরি।

"করিগীদমক্তনো লেপ্তুনা শিন্থরিবা নংগী পীরাং ?"

বীনা চিক্লবা কা অদুগী মন্নুংদা তপ্পবা খোঞ্জেন য়াওদ্রবা ৱাহৈনা হংলক্লিবা ৱাহং অদুবু অমুক খুম্বা তৌদনা লুকথদুনা লেপ্পা লৈতনা শিন্থরি কায়রবা থম্মোয়না, অরেপ্পা লৈতনা হংলক্লিবা ৱাহং অদুবু তারুরগা অহোইননা পিগী ইচেন্তনা থুমহৎলক্লি। করিগীদমক্তা অমুক শাথিনা কপ্লুরিবনো হায়বস্থু মহাক্কী ৱাখন্দা খন্থবা ঙমদ্রি।

"মুংশি বসন্ত লৈকোন্দা মুংশিজরুবা মাতবু শকখংনরুবনা মুংশি কায়না শহুম লাংলবিরা ? নত্রগা পলেন পন্থৌ কায়নবগী কায়ন মৈচাক পুদুনা শিন্থরিবা পিরাংলা হায়য়ু মদুতদি খংজগে ?"

বীনা রোমেশকী লেপ্তুনা হংলিবা ৱাহং কয়াদা তুমিন্না

লৈথোকপা ঙমলক্ত মাল্লে, লুকথরম্বা মায়থোং অড়ু খজিক্তং লৈখত্তুনা চিংনা য়েংজরগা—

"নত্তে ঐহাকপু অড়ুম্না খনবীগনু। ইমা ইপাগী য়াথংতবু ইন্দুনা নহাক্কী সেবা তৌজগে হায়দুনা নোংমতম্থু শকখংনদ্রিবা নিপা অমগী মফমদা ইপা ইমা কয়াবু থাদোক্লমদুনা লাক্লিবা ঐহক্লি। মুপী ওইবী ঐখোয়গী পুন্সি অসি ওইরে! নুংশিজরবা মপা মমা, মচিনমনাও কয়াবু হুন্দোক্লমদুনা মপুরোইবনা হেল্লি হায়-দুনা য়ুম্নাক শাগে অমদা তিন্দুনা ঙসিদগী মৌগী শিংদা চল্লনি খল্লুব-দা নুংঙাইতদুনা তৌবনি। ইনখৎলকপগী মতমদা কনাগীস্থু অরাবা রাখল খল্লুদা, শেৎনিংবদা শেৎ, চানিংবদা চা হরাওনা নোক-খেরম্বা লৈশাবী অমা ওইবগী নুংঙাইজরম্বা পুন্সিদো লোইখরে। ঙসিদগী য়ুম অমগী মৌ ওইদুনা সংসারগী অরা-নুংঙাই লম্বীদা খোংদাবা হৌরগনি খল্লুবদা পূক্লিং অসি ওন্থোক্লা নুংশিরুরে।"

"মদুগীদমক্তা ওইরবদি অমুক খন্থরুরগনু, অরাবা নুংঙাইবদি মপু মাগী খুৎশেন্নি। মপু মাগী খুৎশেম থৌদাবু ইন্দুনা অহল লম্মন-গী য়াথং ইন্দুনা মপুরোইবগী সেবা তৌরুগনি হায়দুনা লাক্লবনিনা নহাক নপূরোইবা নীংবী নপুরোইবনা হায়বা ইনবী নুপী অমা ওইয়ু। ঐগীদিনে করিস্থু লৈতে, ঐখোয়বু পোকপিরিবা অহনশিং অসিগী য়ানবা চৎলু। মখোয়গী সেবা কায়দনা তৌ; নহাক নশা-নম্থু রাখল চপ চানা খন্থবা ঙল্লবীনি। মহৌশাগী ফিভমগা হৌজিক্কী ফিভমগা য়াম্না খেন্নরবনি। হৌজিক কালগী মীওইশিংদি মী অমবু মী অমনা করিস্থু ওইদনা উনরবনি। অকায়বা খজিক্তং উখিবদা নোক্লগদবগী ময়া কাখৎতুনা ঙাইনরিবনি। মখোয়শিং অড়ুনা মী

অমবু মাংহনবসিদি লাইনা মাংহনবা ঙমই। মুপী ওইনা পোক্লবদি মর‌া-মপুরোইবগী ইজ্জৎ ঙাক্লা চৎকদবনি। মতুগী ব্রাংমা হেক লানখিবদা নহাক্তা নত্তনা ঐহাকপুস্থ মীনা ঙাংনগদৌরিবনি।”

বীনা ঙাংনরিবা খুদিংমক মকোক থোংনা য়াদুনা তুমিন্না অতুম্মক ফমদুনা লৈরি।

“বীনা, সে—হৌগৎলো, থেংলে তুমল্লুরসি।” (মখুৎ পায়দুনা চিংখৎলি)।

বীনা হৌগত্তবা য়াদ্রদুনা হৌগৎলে মখোয় অনিমক ফমুংদা কাখৎত্তুনা হিপ্লে। হিপ্লি হায়বদুমঙাই, মখোয় অনিমক মিৎকুপ অমত্তস্থ তুমথবা ঙমদ্রি। করম্না ঙমগনি? থেংনদ্রিবা কনানস্থ খঙবা ঙমলোই। পাক চাউরবা তাইবংগী লীলা ফম্বাক্তা মখোয় অনীগীস্থ অকনবা শরুক য়াদুনা তাইবং লীলাবু লুখুম কাগী ফেজদা মপুং ফানা উৎলি। ফমমাংদা থারিবা পিক্তকপা টেবিল অমগী মথক্তা পালং অমস্থ থাল্লি। ঙৌরবা কাংখল অদুনা থাউমৈগী মঙান্দা মখোয় অনিমকী থম্মোয়বু ইনৌ নৌথোকহন্দুনা মুংশি মশক লাক্ল-জরি। রোমেশকী অহানবা শৈহৌদা থম্মোয়মুংদগী হৌরক্লিবা কল্লবা ঈথক-ইপোম্না অকনবা নোংলৈ মুংশিৎ ওইদুনা বীনাগী থম্মোয়দা তত্তনা য়ৈরুরি। বীনাগী তনৌ তনৌরবা মখুৎ অদুবু চেৎনা পায়শিল্লদুনা—

“বীনা, মুংশিবা হায়বসিবু করিনো?”

“অপাম্বা অমস্থং অনিংববু থুংহন্দুনা অপেনবা ওইরিবদু মুংশিবনি।”

“নখোয় মুপাগী মুংশিবসি মিকুপ খুদিংগী অহোংবা নাইবরা?”

"হৌজিক্কী মতম অসিদা অশেংবা মুংশিবা থিবদা ৱারে হায়বা য়াই। ঙাইহাক্কী ৱাখন্দা মাগী পুক্লিংনা মুংশিদুনা অপেনবা ওইরিবদু মুংশিবনি। অপাম্বা মিহৌববু লৈত্রবদি মুংশিবসু মঙোন্দগী লাপথোক্লা লৈ। মতম অদুদা মাগী মুংশিবগী মশক হোংলকই।"

"অহোংবা নাইরিবা নুপীগী ৱাখলবু অরেপ্পনি করম্না হায়সিগে ?"

"নুপী হায়বসি পংথ্রবা জীবনি, মখোয়গী ৱাখন্দা অনিংবা অমগী মখা হেক্তা পোল্লি।"

"মতম অদুদনি নুপীনা থাজবগী ৱাংমদা থবক তৌরকইবা। মুংশিনরিবনি হায়দুনা পুক্লংদনা হূ ফুম্বীনি, চিম্বান্দনা খোইহি তৈদুনা থাজনবা ৱাহৈ কয়া হায়জিন্দুনা নিপা ওইবগী থম্মোয়বু থাজহন্দুনা মখোয়গী অপাম্বা পুংনবা লম্বী থি। অপাম্বা অদু ফংলবা মতমদা নিপা অদুবু করিসু ওইনা উদে থৌসু থৌশা-বীরক্লে, তৌবা ঙম্বা মীহাৎপা অমসু ওইহল্লে। মতম অদুদা নিপা অদুবু থাদোক্লমদুনা অরোনবা কনাগুম্বা নিপা অমগা অমুক নৌনা শকথংনখিদুনা মশাগী ইজ্জৎপু অপাম্বগা শিন্নদুনা পিথোকপা ঙম্বী নুপীনি। কয়াদা তৌবা ঙমলিবনো, চিম্বান্দনা সতী শাবীনি। সতীগী মশুগঙাক্লবা হোৎনবদা য়ুম পানবা শিৎতুনা লৈরিবা নুপী হায়বা জাৎ অসিবু করম্না থাজদুনা লৈশিগে ?"

"নুপী খরনা ওক্তুগা নুপী খুদিংমকপু থাজবিদ্রিবা করিগীনো ?"

"নুপীগী তৌবা ঙম্বা শক্তিবু য়াম্না কি, মরম অদুননি নুপীবু থাজদ্রিবা।"

"নুপীবু তৌবা ঙম্বনি করম্না হায়রিবনো ?"

"হৌজিক কালগী লৈশাবীশিংগী পুকচেল খংলবরা ?"

"ঐনা খল্লিবা অসিদগী মখোয়গীনা অতোপ্পা মওং অমরা ?"

"হায়রুদুনা করিবু কান্নগনি, নুপীগী শাজৎতি নুপীতনা খঙবনি।"

"সমাজদা চৎনরিবা শাজৎ অসিদগী করম্বা শাজৎ অমা মখোয়না হোংদোক্লিবনো ?"

"বীনা, তনৌ তনৌ শাৎকাইজরক্লিবা নিংথিবা লৈবু উরুরগা করম্বা খোইমুনা লমদন্দবা য়াউবগে ?"

"মদুদি হৌজিক্কুগী নত্তে মহৌশা খুৎশেমগীনি।"

"মহৌশাগী মতমগা হৌজিক্কী মতমগা য়াম্না খেন্নরে মরম অদুননি হৌজিক্কী মতমগী নুপীবু তৌবা ঙম্বীনি হায়রিবা।"

"নুপীবু অসুক য়াম্না থাজবীদ্রিবা মরম করিগীনো ?"

"নুপীবু থাজদবগা লোইননা মতম অমদা ঐহাক অসে ওক্রুবী কনাগুম্বী লৈশাবী অমগী মফমদা মায়থীবা ফংগ্রবনি। থৌদোক অদু নহাকসু শোইদনা তাবা ফংলমগনি।"

"করম্বা থৌদোক্লো নিংশিংবা ঙমদরে, য়ারবদি হৌগ্রবা থৌদোকশিং অদু লীবীদুনা অমুক্তা তাহনবীয়ু।"

"নহাক অসিনা ঐগী ওইদ্রিঙৈ, ঐ অসিনা নহাক্কী ওইদ্রিঙৈ মতমগী রানী। নহাক্না মসিবু খংনিংলবদি রারী অদু মকোক্কুগী লোইবা ফাওবা লিগে তাউ। মসিদা নহাক্না ঐহাকপু চিংনগনু।"

"ঐহাক্কীদমক্তদি খনবীরুগনু রারী অদুতনি তাজনিংবদি।"

"ফরে নহাক্না রারী অদুবু তানিংলবদি তারো। ঐনা

লীগদোরিবা ৱারী অসিদি ঙসি ফাওবদা মশুগবু তাবদা শীংথান-ৱিবা সতী সাবিত্রীখোয়গুম্বীগী পুন্সিগী ৱারীদি নত্তে। লমচৎ নাইদবী কনাগুম্বী মৈতৈ নুপী অমগী ৱারীনি। নুপীনা কদায় ফাওবা তৌবা ঙম্বগে হায়বদু ৱারী অসিনা ময়েক শেংনা উৎলক্কনি অদুগা নহাকসু খঙ্গদুনা য়েংউ, কনানা লানবনো কমানা চুম্বনো হায়বদুদি ঈশ্বর মহাকসু লেংদনা লৈরি।”

## ৱারী তৌবা

চীক্লবা লুখুম কাগী মনুংদা ফমুংথক্তা হিপ্তুনা, হৌথ্রবা মতমগী ৱারীবু নৌহৌনা নিংশিংদুনা রোমেশ ৱাখল ঈপাক ঈয়াইদা লমুক্লবা লৈতনা তাউথরক্লি। থৌদোকশিং অদু ঙসিদা থোকখিবা থৌদোকুম্না মমিত্তা সংসংনা উরি। নিংশিংবা থোক্লদ্রবা মহাক্কী লৌনম ৱাহৈশিং অদু হৌজিক্তা হায়রকপগুম্না নাকোংনা তত্তনা তাবা ফংলি। নিংশিংলক্লি লেপ্তবা ৱাখন্না বসন্ত কয়াগী পূর্ণিমা অহিংদা শান্নমিন্নখিবা কুম্মৈ কয়াশিং। ইতমপাক্তা হিপ্তুনা ওন থোইনা শান্নজখিবা মতুতসু নত্তনা হায়খি মহাক্না, নুংশিবা নহাক অসে ঐগীনি। ৱাহৈশিং অসি নিংশিংলুরগা রোমেশ থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগুম ৱাখলথী চৈনা ফাওরক্লি। খংহৌদনা মচিন্দগী সোম্থাংননা হায়দোকখ্রি —“ওঃ পুম্নমক অসি গুনা নংননিকো।”

বীনা, রোমেশকী অরোইবা খোম্থোক্তুদা মীপাইজনা “করি তৌরবগে?”

“ও! ঐহাক ৱাখল চোইরুরে, নুংশি হৈত্রবা মহাক্কী ৱাহৈশিং অদুনা ওন্থোক্লা ইকাইহল্লমলেদা।”

থেংলবা অহিং অদুদা ফল্লাংদা য়াল্লিবা ঘড়ি অদু খঙহৌদনা গোং গোং য়ৈরক্লি। পুংশিং অদু মখোয় অনিমক তুমিন তুমিন্না তারি। "অরেপ্পা নাইদ্রবা মতম্না লেপ্তুনা চৎখিবনা হৌজিক পুং তরামাথোই তাখরে, মতম হৌখিবা খংহৌদনা ফনা য়াম্না থেংজি-ল্লমলে নহাক্লা তানিংলিবা রারী অদু হৌজিক লীরগে তারো—।"

বীনা থরাই হকচাং য়াওনা লিরক্কদৌরিবা রারী অদু তাগদবগী মপুরোই নাক্তা ঙাইজরি। রোমেশনা অহৌবমক্কদগী রারী অদু মথং মনাও কায়দনা লীথবা হৌরে।

ঙসি অসিমদি অথেংবা অহিং ওইখিবনা নহাক্লা উবা ফংল-রোই, হয়েংগী অঙনবা অয়ুক্তা নহাক্লা শোয়দনা উবা ফংগনি, ঐখোয়গী অরাং থংবদা তারিবা য়ুমশিং অসিগী মনুংদা পিক্তক চেংতকপা য়াম্না রাশি লৈবা য়ুম মচা অমা। য়ুম অদু গুনখোয়গী ময়ুমনি। ঐখোয়গী অসিদগী য়ুম অনিতনা খনবনি। মহাক অসি ইম্ফালদা পোকপা মচা নত্তে। মহাক্কী পোরুফমদি কাছার জিলাগী মনুংদা লৈবা পুনগ্রাম হায়না কৌবা মফম অদুনি। মহাক্লা মণি-পুরদা লাকপগী মরমদি ইম্ফালদা লৈদুনা মহৈ-মশিং তম্বা হায়বা অসিনা মহাক্কী রাখন্ত নত্তনা ইমুং মনুংগী খুদোং চাবনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা মহাক অসি ইম্ফালদা পোক্তুনা চাওবা মীশক নত্তে। মপুং মরৈ ফারক্লবা ইনখৎলকপা পুন্সিগী খোংথাংদা মুংশিবা হায়বদু মশক চপ চানা খংলবা মতমদা মবুংগী নাক্তা থোরক্তুনা মহৈ-মশিং তম্লরিবনি। মমিংনা গুনা কৌবনি ফজবশিংগী মনুংদা মহাকসু অমনি হায়বা য়াই। কুচুদসু পুলৈ কুচু লময়োবীনি, লুতুং তারা

শন্নাংনা নিংহু ৱৈনা শাংবনি! কোয়দানবা মায়থোংনি, য়াত্তা কফোই ঙমজবীনি। মোমোন নোকপী চিন্থান্দা রাশী লৈনা নোক-পীনি। পান্থোম তাবদি থম্মৌ হেরা কদৌনি, চেংতক তৌবা খ্বাংদা নিংহু ফল্লপ তাবনি। হায়থরকপা খুবোম তাবদি লেমরা লফু ঙমজনা ফজবীনি। মহাকপু উরুবা খুদিংনা রাখল লীশাং থাহুনা থম্মোয়দা লোম্না মীতাজবীনি। শক্তা গুণদা অৱাৎপা লৈত্রবী মহাক্নি। মহাকপু উরুঙৈদগী ন্নুংশি বসন্ত লৈকোনগী লৈরাংগুম লৈরাং লৈশাৎ তম-মিন্নগে থন, ন্নুংশিবগী পাক্লবা ইপাকসিদা মা-ঐ পুন্না খোংদামিন্নহুনা লেপ্তবা তাইবং লীলা ফম্বাকথকসিদা পুন্সিগী লোয়নবী ওইগে খন্দু-না মাবু শকখংনরুরে। ঐনা মাবু ন্নুংশিবা করম্না ফোংদোক্লুনা উৎপা ঙমগনি। চাং তমহুনা ন্নুংশিববু পোৎশক অমগুম পুথোক্লুনা উৎপা ঙম্লম্লবদি ঐনা মাবু ন্নুংশিবগী চাং অসি লাইনা খংলমগদবনি। অহুগা মহাক্নসু ঐবু ন্নুংশিবা, করম্না পুথোক্লুনা তাক্কনি। ন্নুংশি-নরিঙৈ মতমদদি ন্নুংশিনবগী চাং লেপ্পা ঙমদে। চিন্থালথোংগী ৱাহৈদা নক্তনা শেংলবা মশাগী থম্মোয় ফাওবা চিংনবা লৈতনা শিন্নরিবনি। ঐগী ওইরবনি খন্দুনা ন্নুংশিরুরিবা মঙোন্দা লৈজবা পুম্বা পিথোকপদা কৱিসু চিন্তা লৈতে। মচিনমক্না তক্তনা হায়-রিবনি। ন্নুংশিবা নহাক্নীদমক্তা থরাই ফাওবা পাম্মুবা লৈতনা কৎথোক্লবনি। খন্দুনা গ্রেংউ নহাকসু মহাক্না ঐহাকপু কয়াদা লুনা চান্না তৌরিবনো হায়বহু। তুম্বা চাবা খুদিংমক্তা ঐতগী ৱাখন্তদা লাইনিং ওইহুনা মহাক্না লেপ্লিনা। নোংমতং উদবদা চহি কয়া উনবা ফংলুপ্রবা মীওইগুম লুনা চান্না তৌরিবা, নক্তা নকশিল্লুরে ওইনা-চাউবা ওইহুনা কেজবদা মথংজৈ। চৎলুদ্রে করি তৌগ্রবনো

হায়বগী রাখন্দা তুম্বা চাবা খুদিংমক্তা ঐবুতবু য়েংজবনা মহাক্কী মথৌ ওইদুনা লেপ্লক্লবী মহাক্নি।

"অদুবু অদুক য়াম্না মুংশিনরম্লগা থুংনদ্রিবা করিগীনো ?"

"নহাক্না খংহৌদ্রবননি ৱারী অসিগী অহৌবা অমদি অরোইবা খুদিংমকনা নহাক্না হংলক্লিবা ৱাহং অদুগী পাউখুম শোইদনা খুল্লকখিগনি। মতম অদুদা শোয়দনা খংবা ঙমগনি নহাক্না।"

"ফরে অদু ওইরবদি মখা অদু তানিংলে।"

মুংশিনবগী থাক্তা অহানবা থাক লোইখিদুনা অনিশুবা থাক য়ৌশিল্লক্লবদা মুংশিনবগী চাং অসি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। অদুবু মতম খরগীদমক্তা মা ঐ উনবা ফংলোইদৌরে, মরমদি পূজা ভেকেসনগীদমক্তা কলেজগী ছুটি শাংনা থারকপনা মহাক অসি ময়ুমদা চৎপা তারম্মী। লাইরেম্বী কুম্বা মুমিৎ অদুমক্তদা মহাক্তি ইম্ফাল থাদোক্লুনা চৎননবগীদমক শেম শাবা লোইখরে। চৎলমদাইগী মতমদা মহাক্না ঐহাকপু Air office ফাওবা থিনবীয়ু হায়দুনা ইশামক্না মফম অদু ফাওবা মহাকপু থিন্দোকলুরিবনি। মফম অদু য়ৌরবদা মা ঐ মতম খরা কাইনবগীদমক্তা মুংশি ৱাহৈ কয়ানা পুন্সিচুপ্পা উনবা ফংলরোইদবগুম বীদায় তৌনদুনা লৈহৌরে। লমদম্না তাম্নখিবনা শক্কাশক্কা উনবা ফংদ্রবস্থ মরক মরক্তা চিঠি কয়া ইনদুনা ৱারী শাবদি লেপ্পা লৈতে। অস্থুম তৌদুনা মতম খরা অমস্থ হৌখরে। ছুটি লোইরদুনা মহাকপু থোরক্লগনি ওক্লম্মু হায়দুনা মা ঐ তগী ওইবা অরোনবা চিঠি অমা ইরক্লে। মহাক্না হায়রকপা মতুং ইন্না কনা অমক্তা খংহল্লুবা তৌদনা মাবু ওক্লুরে। মহাক্না ছুটি লোইরদুনা ইম্ফালদা থোরকপা মুমিৎ অদুদগী হৌরদুনা

মা-ঐগী শাজৎ অসি ইনৌ নৌবা মওং অমা ওনখরে। মুংশিনবগী থাকতস্থ নোংমা নোংমগী অস্থুম অস্থুম হেনগৎলক্লি। অদুগা লোইননা চৎনরিবা শাজৎ কয়াস্থ লৈমিন্নরিবা মীপুম খুদিংমক্না খংনরক্লে. মবম অদুনা মা-ঐগী ওইনা চৎথরক্লিবা লম্বীদা অপনবা হায়বদু ওইরক্লে। মুমিৎ অদুদগী হৌদুনা অতোপ্পা মতম অমা শেমদুনা মা ঐ উননবগীদমক খংহল্লক্লম্মী। মতম অদু নত্তুনা ঐখোয় অনিগী অরোনবা উননবগী অতোপ্পা মতম অমা লৈত্রে। মতমদি য়াচংবগী মতমদনি, মতম অসিদদি মখোয়গী ইমুং অসি য়াম্না চিকই মরমদি মী ঙম্না চৎথোক্লখিবননি। তাঞ্জা অসিদা ৱারী ঙাইহাক শান-হোবনা ঐখোয় অনীগা হৈনবানি। অস্থুম তৌদুনা লোম্না হৃরান্দুনা ঙাইহাক ঙংহাক উনহৌ৭। অসিদনস্থ অপেনবা ওইরক্তরে। করম্নস্থ অপেনবা ওইগনি, পাখং লৈশাবী ওইনগী মুংশি মুংওনগী চীক্লবা ৱারীদবু। মসিগা মবম ননা খ লিবদুমঙাই অমুক হায়কুদ্রবস্থ মুংশিবা হায়বসিবু কবিনো? মহাক অসিগী মফমদদি খুদিংমক করিস্থ ওইদে, মুংশিবনা পুম্নমক অসিবু লাকশিন্দুনা থম্বা ঙমই। মুংশিবা মহাক্কীদমক্তদি মীওইবনা মথৱাই ফাওবা চিংনবা লৈতনা কৎথোকপা ঙম্মী। পূং কয়া ফমিন্নদুনা ৱারী কয়া শামিন্নদুনস্থ অপেনবা লৈতে। শাংলবা মতম কয়া অদুস্থ মিকুপ অমত্তমক ওইরবোই খলহল্লি। য়েংউ কযাদা কনথ্রবা মুংশিবগী মগুণনো? নোংমগী ঙাইহাক ঙাইহাক উনবা অদুনা পেনবা ওম্লক্তদুনা অতোপ্পা মতম অমা য়েংদুনা থেংথ্রবা অহিংগী মীনা তুম্না হিপ্নথ্রবা মীচীক মীখোন তাদ্রবা মতমদা মহাক্কী রাখম্না খুদোং চাবা মতম য়েংদুনা ঐহাকপু লাকউ হায়দুনা অতোপ্পা মতম অমা থারক্লে। মতম অদুদা

ঐনা খল্লি মহাক অসি ওন্থোক্লা তৌবা ঙমশিল্লক্লেদা। খল্লুদুনা করি কান্নগনি। অপাম নুংশিগী ময়াইনা থুমহৎখিদুনা কনাবুস্থু কিরুবা তৌদনা মখোয়গী হিঙ্গোননুংদা চংদুনা মহাকপু উননবগী লম্বী থী। মহাক্লা পাম্লিবস্থু কনাবুনো ? মহাক্কী ৱাখন্না নিংলিবা অদুতবু থুংনজবা অদুতনি। ঐনা পাম্লিবস্থু মহাকতগা লোইনদুনা লৈমিন্নবা অসিতা নত্রনে নিপা নুপী নুংশিনবা হায়বদুবু ?

নুমিৎ অদু কাউদরি ঙসি ফাউবা। হিয়াঙ্গ থাগী পুর্ণিমা নুমিৎকী অহিংনি। অথেংবা অহিংগী মীচিক মীখোল তাদ্রবা অতমদনি, ঐখোয় অনি ফম্মিন্নদুনা ৱারী শাবা হৌখিবা, নুমিৎ অদুনা অহানবনি। থেংলবা অহিং অদুদা অতোপ্পা কনা য়াউদনা মাগ-ঐগতা ফম্মিন্নদুনা শানিংবা ৱারী কয়া নিংবা থুংনা শামিন্নরিঙৈ মতম অদুদদি কনাগীস্থু অৱাবা ৱাখল খল্লুদে। য়েংউ কয়াদা কনথ্রবা নুংশিবগী ময়াইনো ? মতম ফাউবা নিংশিংবা থোক্তুনা হৌখিরমে। অহিং কোইনা চাক্তারুবা চেক্লাগী খোঞ্জেন নত্তনা তাইবং কনাগী খোঞ্জেল তাদ্রবা মতম অদুদা নোংঙাল্লমদা মালংবা অইংবা নুংশিৎনা হুমদুনা তপ্না লিরি খোংদোইরকপনা উপাল থাপাল খুদিংমক তুম্বক তুম্বক লেপ্তুনা পোথারম্বদগী মালং শহুম ফংদুনা ঙন্না মিৎকপ থোক্লরক্লে। মপুগী মিংথৈবু শোন্দুনা য়াকাই-রানবু শকপা হোৌরক্লে। লিরিহুম্বা মালংবগী তাম্থা চানা গোবিন্দগী শরীক্কী খোঞ্জেলস্থু মায়গৈ শিনবা থুংনা শন্দোকখিদুনা মালং ইপোমদা তিনখরি। মতম অসি য়োৌরবা ফাওবা ঐথোয় অনিদি থাদোক্লবা তৌদনা ফম্মিন্নরি। অফোংবা তাইবংগী লীলাদি হখিদবনা অরোৎপা খুৎশেমগী কুম্মৈ ওইখিবনা নিংনবা কয়া

অমস্থু থুংনবা ঙম্মদনা হৌখরি। অদুবু মতম্না য়ারক্কবনা খৎঙম-দ্রবা লৈয়েংনা অমুকস্থু হায়রুরি "ঐহাক চৎলগে নোংঙানখিগ-দৌরে।" মতম কৌবী মহাক্তি লেপ্তুনা চৎখিবনা ওম্থোক্লা য়াম্না থেংলমলেদা, চীংখৈস্থু হুল্লক্লে, য়েংউ কয়াদা পূক্লিং হুরিবনো! লোয়য়া লমগী মালংবনা কাইদ লিরি খোংদোইরকপনা ঙুন মাঞ্জ মাগী সেগাদা অহিং চুপ্পা লেল্লকপনা ফারবা মকোক্কী মশম অদুদা য়ৈবদা ঙৌরবা মহাক্কী লাইবক তম্না চোইজাইনরবা মশমশিং অদুনা হায়থরক্কৃনা নৌরবা মাগী মাইথোংদুবু খজিল্লুরি। চুপ্লবগী তঙাং তঙাংলবা খজাইশিং অদুনা তত্তনা ইকাইবা পীরবদা মহাকপু চিংনা য়েংলমলগা খোংথাং অমা অনি থাংদোরক্লে।

ঙুন খংহৌদনা চংশিল্লক্কৃনা ঐবু চেৎনা কোল্লদুনা "ঙসি অসিমদি হৌখরে নিংবা কয়া থুংখিদনা, মথংগী নুমিৎ অমদা ইনিং তম্না নহাক্কী সেবা তৌজগে ৱারৌবীনু ঐহাকপু! লৈহৌরগে চৎলোকো।"

য়েৎথংবা মখুৎকী খুৎশাশিং অদু পায়রদুনা খুৎনম অদুদা অমুক্তং চুপ্লম্লগা, "লৈহৌরোকো চৎলগে নিংঙম নিংঙমদনা ঙসি অসিমদি কায়নরসি নংগা ঐগা ৱারৌনুকো ঐহাকপু।" মফম অদুমক্তদা কায়রবা থম্মোয়না মহাকপু থাদোক্লমলে নোংঙাল্লমদাই মালংবগী ইপোমলক্তা মাবু ঐনা। নোংঙাল্লক্লবস্থু অয়াম্বা মী হৌগৎনদবনা ফমুংদা ঙাইহাক চংশিন্দুনা হিপ্লে। মতম অদুদা নিংশিংলকখি পেননাইদ্রবা মতেক মতেক ওইবা ৱাখল্লা, ও! হৌজিক কালগী ছাত্র ছাত্রীশিংনা অহিংদা লোম্না উনদুনা ইনত্র-ভিয়ুনি হায়দুনা চৎনরিবস্থি মসিনা ওইবা তারে হায়না। মসিদি

অঙকপা মখল অমগী সংসার অমনি। নোংমতা কাংদনা হৌজিক্কী মতমগী মুপীশিংনা অঙাং য়ৈথরে, অঙাং অমা হিংনা হুন্দোক্লয়ে হায়দুনা খবরগী লামায় খুদিংদা তন্তনা থেংনরিবসি মসিনা ওইবা তাই হায়না মুমিৎ অদুদা খনখি। অদুবু মসি হৌজিক্কী মতম অসিদদি অরোনবা মচাওখৎ অমনি হায়না লৌবা য়ারে। অস্তুম্না পুক্লিংনা খঞ্জরবস্তু মাবু মুংশিজরুবগী রাখল অদুদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লি। করম্বা কনাগী থম্মোয়না মতাং অসি য়োরবদা খাংদুনা লৈথোকপা ঙমগনি ? বীনা, নহাকস্তু খন্দুনা য়েংউ! কয়াদা কনগ্রবা মুংশিবগী মগুণনো ? মহাক্কী লৌথুপ লৌকোই লৈনবা শেংলবা থম্মোয়গী মুংশি রাহৈ কয়াশিং অদুনা ঐহাক্কী থম্মোয়বু খুদুম চনখিদুনা ঙসি হুরানবা অমগুম্না থেংখ্রবা অহিং কয়াদা কোইনা চৎতুনা মখোয়থী হিংগোম্নংদা চংদুনা ঐনা ঐগী ওইনা মুংশিজরুরিবা মহাক্নদবু শংদুনা অহিং কয়া মিৎশেন খাংমিন্নদুনা মহাক্তগা লোইনদুনা লেনমিন্নরক্লিবা কয়াদা তৌবা ঙম্নরিবনো ? খল্লুরগা পুক্লিংদা অঙকপ, অকিবা কয়ানা খল্লবা থোদোকশিংদু নিংশিংলুরগা ঙক্তবা ঙমদে। নোংমস্তু ইচিক চল্লবা নিংথম থাগী অহিংদনি। লৈচিনগী মপৈ মপৈনা মচি মচি খুদিংগী শিনবা থুংনা শন্দোকখ্রি। রারক-উরক খুদিংমকস্তু লিক্লা তারকপগী পোপ পোপ লাউবা খোঞ্জেন্না অহিংগী অচিকপবু গাইদুনা উফৈ থক্তা তোংদুনা নিঙাইদনা খোংলিবা চেক্লা মকুগী শহেক্কা লোইননা শন্দোকখ্রি। মরক মরক্তস্তু তাউবা হূইগী মৎকপ খোঞ্জেলনা পুক্লিংদা তুজুংবা পোকলি। অসিগুম্বা মতম অসিদা ঐদি ইংবগা খংদনা মখোয়গী মনিংগী হিঙ্গোল চিথেক

অদোমদা ফাওজিন্দুনা পুথ্রি ময়া অদু তম্না চংশিল্লে। পুথ্রি ময়া অদুমক্তদা ঙাইহাক লেপ্তুনা মহাকপু থোরক্লব্রা হায়দুনা য়েংলুরি। খংহৌদনা মখোয়গী মাঙ্গোল অদুদা মৈঙাল অমা ফাওরক্লম্মী। মৈঙাল অদু উরুবদা ঐগী হকচাংদা খোংদগী তোনফাউবা তুচুংখিবা খংহৌদে। রাখন্না করম্না লমজিংখিবনো, পুথ্রি অদুগা হেক ত্তাইনবদা ফৈদোম নাইনা থারবা হরাইমুবী ফৈদোম অদুগী ময়াদা চংশিন্দুনা ঙাইহাক থৈজিন্দুনা লৈরে। মিৎ অনিমক অসি লাউনা পাংথোক্লুনা মৈ অদুদা চাগদগুম য়েংলি। অসুম তৌদুনা ঙাইহাক লৈরবা মতুংদা মৈঙাল অদুসু খংহৌদনা মুৎখিরম্মী। অদু ফাউবদা থম্মোয়দি লৈতাবা ঙমদ্রি। মরক মরক্তা খুনিং কাংখৎ কাংখত্তুনা অমম্বা মরক্তুদা মাবু থোরকপ্রা য়েংলি। ময়বসু থোইনা লাপ্পবা মফম নত্তবনা মী চৎথোক চৎশিন তৌনরিবদু খরা খরদি শুদুম্মক উবা ফংই। মিৎকুপ খরগী মনুংদা মশক খংবা ঙমদ্রবা কনানো অমা য়ুম অদুগী মখা থংবা নাকললোমদ থোরক্লে। চোম্না শেৎলবা ফনেক অদু মখুৎ য়েৎনা পাইখৎলদুনা খুনিং কাংনা কাংনা থাংলদুনা মখোল থোকখিনি মতাগুম তপ্না তপ্না ঐনা লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা চংশিল্লক্লি। মহাকপু ওই রমগদ্রা ওইরমলোইদ্রা হায়বগী চিংনবা অমনসু রাখনবু মীপাই হন্দবা ঙমদে। হুরানবা মীগী জীবসি ওন্থোক্লা শোনথ্রবা জীব ওইরে হায়না মতাং অদুদা খনখি। মহাকপু থেংনথ্রগদ্রা হায়বগী রাখন্তদা লরাইগী শম য়ুংখিবা খংহৌদে। রাখল পুম্বা মাংথ্রবস্ন থোরক্লিবা মী অদু কনানো হায়দুনা মিৎ কুপ্তনা য়েংবদি লেপ্প লৈতে। মহাক অসুক্কী মত্তিক নকশিল্লক্লে। নক্তা নকশিল্লক্লব

শক্কা শক্কা উনরবা মতম অদুদদি মাংলুরবা ৱাখল পুম্বা অমমমতা খম্থবা ঙম্লক্লে। মহাক্কী ফীভম অদুবু উরুরগা পুক্লিংনা হায়ফম খংদনা হরাউরি। লোৎলম্বদু তোক্ত্রনা মহাকপু তরাম্না ওক্লি।

"ঙুন, ঐহাকপু খংদুনা থিবা লাক্লমালে হায়দুনা ওম্থোক্লা ৱারুৱেদা।"

"পুং কয়া তাগ্রবগে? নহাক মফম অসিদা লৈবা কয়া কুইরে।"

"করিগীনো নহাক্লা পুং হংলিববো, কনানা করি তৌরবগে? নহাকপু ঙাইবদা ওম্থোক্লা ৱারেদা।"

"নপাপকীনি খরা ৱাজবা হায়বদুনি।"

"মসিবু ঐনা হৌবরা নঙোন্দা? নহাক্কী নফমদা করি পাপ তৌখিদুনা নহাক্লা ঐবু........?"

"তোকপীরোসে,—ময়াম তুম্নখিবা ঙাইবদা থেংথ্রিবনি।"

"হোয়নে ফরেনে, উবু উদ্রবদি থাজনবা অমা হেক্তা হায়জিল্লু য়াইয়ে।"

"হায়জিনবা নত্তেসে, নবুক ফৎখিদ্রে নংসিমা।"

"ঐবু কৈ হায়থ্রবরা নঙোন্দা?"

"নুমিৎ চুপ্পগী কোচিদা তৌদুনা লৈরদনা ওম্থোক্লা তনথ্রে নংসিমা।"

"তনগনিয়ে অওইবদা হায়বনিনা।"

"মানা হেক ঙমদ্রিবমখৈ তোক্লোইদবনি, মখা তারন্নুসে।"

"ঙুন, নহাকীদুবু শাউরিবা হায়দুরা?"

ঙুন ৱা লান অমত্তা ঙাংদনা তুমিন্না ফমদুনা লৈথ্রে।

"করিগীনো নহাক্না শাউরিববু হা—করিগীনো হায়বা হা"—মখুৎ অদু পায়দুনা নাক্তা চিংশিল্লরি।

"শোকপীরকনু সে—।"

"নহাকপু ঙম্লদ্রনে ?"

শুন তুমিন্না অদুম্মক ফমদুনা লৈথোকখ্রে। নুপীগী ওইনজ-ব· সিমক লৈরমদ্রবদি মখোয়গী মশাদা নুংশিবগী চাং অসি খংবা ঙম্লমলোইদবনি। ওইনচাওবী মায়থোংদুতবু য়েংনিংলুবনা মাগী খদাং অদু তপ্না ইনখৎলুরি খুৎ অসিনা, শুমহৎনবী মাইথোং অদুবু মুন্না য়েংলগা—"অদুরা নহাক্না ঐহাকপু নুংশি হায়বদো ?"

"কনানা নুংশিদে হায়খ্রবগে ?"

"অদু নত্রবদি করিগীনো নহাক্না অদুক য়াম্না ঐবু শাউরিবা ?"

'কৈদাদু নুংশিদবা।"

"হোয়নে ফরেনে, নুংশিদ্রবসু নুংশিদনা ঙসিদি রা অমত্তা হায়জগে—নুংশিদে হায়দুনা তাবিররোইদ্রা ?"

"হৌজিক্তা লোইখিবদা ঙাইরি অমুক তৌরক্লে মাগী হৌননী।"

"অদুবু তাররোইদ্রা হায়বা ?"

"নহাক্কী নুংঙাইনবদা খন্দুনা লৈরবা ঐহাক্কি, নহাক্কী রাহৈশিং অদুতবু তাজগে হায়বগীদমক ঐগুম্বী লৈশাবী অমনা থেংথ্রবা অহিং অসিদা ননাক অসিদা থোরক্কুনা ফম্লরিবা নত্রা ?"

"হায়দোক্লরগা রা মাংদুনা তোক্লগদরা হায়বগীসু খন্নদবা ঙমদে অদুগা নহাক্কী নকন্নদা ঐহাক অসিবু তৌবা ঙম্বা নিপা অমসু ওইহনগদোরিবরা নহাক্না ?"

"ঐহাক্না করি অমুক হায়থ্রবগে নঙোন্দা ? নহাক্না পাম্লিবদুবু করিনো ?"

মহাক্কী ৱাহংশিং অদুবু তারুৱগা ঐহাক্তি ৱা মখা অমুক ঙাথবা ঙমদ্রদুনা ভুমিন্না অদুম্মক যংদুনা লৈরবনি। মহাক্তি মহাক্কী ৱাহংগী পাউখুমশিং অদুতবু ঙানিংবা অমগা লোইননা তৎতনা হংলক্লি—"করিনো ?"

"নহাক্কী চিম্বানথোংগী নুংশি ৱাহৈশিং অদুত নত্তনা নহাক্কী নিংথিবা শক্তম কয়াশিং অদুনা খুদুম চনখিবনা নহাক্কী শেংলবা শক্তম অদুবু তত্তনা মিত্তাজরি। মিৎ অসি কুপ্তবমখৈ য়েংলুরবস্থ শক্তমমখৈদি য়েংজবগী পেনবা ঙমই, ইখৌ লাংলবা থম্মোয়ন্নুংগী অরাম খৌরাংদি কোকহনবা ঙমদে। অদুগা নহাক নত্তনা অতোপ্পা কনানস্থ কৈদৌনুংদা ঐগী থম্মোয়ন্নুংগী অরাম খৌরাংবা অসিদি কোকহনবা ঙমগনি হায়বস্থ থাজদে। হায়য়ু নহাক ঐহাক্কী খৌরাং-বসি কোকহল্লরোইদ্রা ? মতম অমদা হায়খি নহারুস্থ ঐগী অপাম্বা অমস্থং অনিংববু গুংহনগনি।"

"অদুবু কৈদৌরবগে, থুংহল্লগা লোইরেদনা ; অদুগীদমক্তরা য়াম্না নুনা খল্লুরিবদুবু ? নহাক্কী নখা পোল্লবী ঐহাক্নি, পুবিনিংবা মাইকৈদা পুবিয়ু। অদুগা নিপানি ঙম্মী হায়দুনা অপাম্বদু থুংলবা মতমদা ঐহাকপু খোংগাওনগে হায়নতদি খনবীগনুকো।"

"নহাক্কী মরোন নাইবা ৱাখল অমদি প্লকচেল অদুনা হোংখিবা নত্তনা ঐনা নঙোন্দগী লাপথোকখিনি হায়বদি খল্লুগনু।"

"হোয় অদুম্না থাজনবা কয়া হায়বিরম্লগা চেনখ্রিবা ঙাক্তনি। অদুনা নিপা হায়নসে থাজনিংঙাই লৈতে।"

"অওইবরনে ?" ( মনা অদু পায়দুনা চিংশিল্লুরি নাক্তা )।

"সে—থাদোক-ও, মখুৎ অসে তুমিন্না ঙাইহাক্তা লৈবা হৈনদমাল্লে।"

চরাম্বরবা নোংশাগী মমাংদা য়ারৌ শজী মচানা শিনি হায়বা খংনা খংনা চেনজবগুম, গুন মহাক্কীসু ওইন-রাহৈ কয়ানা তাশোনগুম তত্তনা থারক্লি থম্মোয়দা। ইপোম নাইরবা য়ারানা হৌহল্লি ঈথক, হকচাংগী কায়াৎ খুদিংদা। নুপী ওইবীগী লৈতেং সনা লুপাতনা ওইবা নত্তে। শাবানগী নিংথিবা শক্তম কয়ানা নিপা ওইবশিংগী কল্লরুফম ওইরিবা মখোয়নি। মিৎয়েংতদা পেঞ্জবা ঙম্নবা লৈতেং, লৈরে ঙসিদি ঐগী খুবামন্নুংদা লেংদনা। ইথান্নুংদা লেংদনা তারবী মহাকপু চিংনা য়েংলগা "গুন, নহাক ঐহাকপু নুংশিবরা ?"

"কন্নিগী নুংশিরোইদৌরিবনো ?"

"ঐসু নহাকপু য়াম্না নুংশি, নহাক্কী লেংদ্রবা শক্তমশিং অদুনা ঐহাকপু ওন্থোক্লা রাহল্লে। লংথবীরে নহাক্না ঐহাকপু নুংশি ঈপাক্তা, তাউরি ঈপাকসিদা ঐনা নংগী রাখন্তদা। নহাক্কী রাঙাং অমত্তদা হৌহল্লি কামগী ঈথক। কামগী ময়াইনা ঙাওরবা ঐহাকপু ওক্লি ঙসিদি তরাম তরাম্না নহাক্না। উৎপিরো ঙসিদি অশেংবা নুংশিবগী মশক। কোক্লগে অরাবা পুম্বা খংহৌরগে নুংশিবা মশকসু নঙোন্দগী গুন।"

"নুংঙাইরবা ইয়ুম অমদি পোক্লফম লমদম থাদোক্নুনা লাক্লবা ঐহাকপু মীনা করিনি হায়নখিগদগে! মসিগীদমক্তা থন্দবা ঙমদে। ঐনা নংবু নুংশিজরুবগীদমক্তদি খুদিংমক পাম্মুবা লৈতে।

অদুগা মতম অমদা নহাক্না হায়খি—ঐগী ইকমদা চিংনবা অমত্তা তৌরোই হায়না।"

"অদুবু ঐনা নহাক্কী নফমদা চিংনবা থবক কয়া তৌগ্রবগে, নহাক্না হায়রিবদুবু ?"

"তৌখিদ্রি।"

"অদুদি নহাক্না করম্না হায়রিবনো ? য়ানিংদবা মীগী মফমদা নম হাদুনা ইশাগী অপাম্ববু থুংনবা হোৎনগনি হায়বদি খল্লুগন্নু।"

"ননাক্তা লৈরবা মতমদা ননিং থুংনবা চৎথবদা করি কায়বগে ? নহাক্কী হেক শাউগনবসিনা—।"

"গুন, নহাক্কী অসিগুম্বা পুকচেল অসি চেল্লমগনি হায়বা থাজরুদবনা ঙসি নহাক্কী নফমদা খৎঙমদ্রবা লৈম্লেংনা হায়কম থোক্লবা কল্লবা রাহৈ খরদং নহাক্কী ননাকোংদা তাবা ফংখিবদো চানবী হৈবী নুপীগী গুগনা লংজরকপনি খনবীদুনা ঙাকপিয়ু, লানথ্রবনি ঐনা। ঐনা নংবু নুংশিবা অদুগুম্না নংনসু ঐবু নুংশি-বীরমগনি খন্দুনা ত্তিংলুরবা পুকচেম্নি। পুন্নমক অসি ঐতগী ইরাম্নি, লৈহৌরোকো চৎলগে।"

গুন ঐগী থুৎ পায়দুনা--"ঙাইখো-ও!"

"করিগীদমক্তনো অমুক খামলিবা ঐবু ?"

"চৎপা তারবসু রাহৈ অসিমতদি তাবিখো করিগীনো অদুক য়াম্না শাউরিবা ?"

"করিগী শাউগদোম্নিবা ? নহাক্কী মরৌ লৈরবা রাহৈশিং অদু ঐবু তাহননিংলিবরা ?"

"করিগীনো নহাক্না ঐহাকপু অসুক য়াম্না ফত্তবা শীরিবা,

কাব্গীদমক্তনো অসুক তমথীরবা পুকচেল চেলহনবীরিবা। নহাক্লা অসুম্না শাউদুনা চৎপ্রগা ঐনা কর্মা থাংদুনা লৈহৌগদৌরিবনো ?" মীপাইজরবা মহাক্কী বাহৈশিং অদুনা নিংওমক্তে মতাগুম কয়ারক হন্না থামলি ঐবু। মোল্লবা মথুং অদুনা খুং অমিবু পাম্দুনা মনাক্তা নক্লা চিংশিন্দুনা তৎনা থানবা লৈররোইদবা মুংশিগী থৌন্নিনা লিপুন চেৎনা পুনশিল্লক্লি। খংহৌদনা মহাক্কী হকচাংগী শরুক খন্না ঐহাকপু হন্না হন্না ইকাইবা পীরক্লি। ও। মুপী ওইব শিংগী থৌনা অঙকপনি নিপা ওইবশিংগী বাখলবু লাইনা পংথ-হনবা ওমগ্রেদা। মুংশিবগী মফমদদি ওইনজবতনা মুংশিবগী চাং হেনগৎলি হায়বসে চুম্বা তাই। গুন মহাক্কীসু ওসি মুপী অমা ওইবগী হৌনবী মগুণ খন্না মহাক্কী লৈতেং ওইখিদুনা ওইন বাহৈ কয়ান।

ঐগী থম্মোরবু খুদুম চনখিবনা কয়া অমা শাউরুরবসু মহাক্কী বাহৈ অমতং তাবা ফংবদা হায়নিংবা বাহৈ কয়া হায়বা ওমদনা মাংলি। মহাক্কী মরৌ লৈনা নোকপা মীনোক অদুদবু কয়া কুইনা শাউবা ওমগদৌরি। পীরি খুদক্লুমক্তদা মহাক্কী পামজ খুদম ঐনা। অদুগনে বীনা, মহাক্লা ঐবু মুংশি হায়বসে খংদবা নত্তে, মহাক্কী থোইচৎনবা বাঙাং, বাংলবা মহাক্কী আশাগী পনথৈ পুম্নমক তারু উরুবগা থম্মোয়দা খম্থদবা ওমদে। মুপী ওইবশিংগী পুক্নিংদি ফজবা উরগা কল্লকচবা অহেনবতবু মখোয় মুপীগী ওইনিংবা হায়বসে মুপীশিংগী লেংদ্রবা বাখলনিনে বীনা। পুম্নমক অসে মুংশিবগী মথা পোম-খিন্না মাগী প্রেমন্তদা তাউদুনা লৈনরিবনি। য়েংউ কয়াদা কনগ্রবা মুংশিবগী মগুণনো ? মাগী মুংশি হৈরবা মীনোক, থোইদুম্নবা মরাহৈ অতুভদা অরাবা মশক খংদনা পাক্লবা মুংশি ঈপাক

ইয়াইসিদা পুন্না ইরোইমিন্নদুনা থেংগ্রবা অহিং অসিদা ওন-থোইনা শান্নজন্নিবা মতম্বাক্তা নিংঙাইবা লৈতনা। ফোংঙমদনা ফোংদোক্লি অমুকস্তু মুংশিরবা মচিল অদুদা "মুংশিবা ঐহাক অসে নহাক্কীনি, থাদোক্কপীগনু ঐবু।" মহাক্কী রাহৈ অসিবু তারুরগা পাক-চাউরবা সংসারসিদা চেন্থরক্লিবা মুংশি ঈচেল করিস্তু ওইদনা খল্লকই। হায়রুরি অমুকস্তু, "ওন নহাক্লা ঐগী থরাইনি, নহাকনি ঐগী লেংদ্রবা মুংশিবা ; থাদোক্লোই কৈদৌন্মুংদস্তু ঐনা নংবু।" রাহৈ অসি হায়বা লোইরকপদা মহাক্লা চেৎনা কোল্লদুনা মথান্মুংগী পিক্লিবা ঐবু নরাওম ফৈবস্ননা ঐগী মায়থোংদা ফাওরিবা শেংলবা মুংশিবগী লারবা শক্তম, শক্তম অদুবু পেন্না য়েংজরি। ঐনস্তু মাব ঐগী ওইরবনি খন্দুনা মকা লাম্লবী মহাক্কী মায়থোং অদুবু চিম্বাল য়োংনা চিংশিন্দুনা মোল্লবা খজায় অদুদা কয়ারক হন্না চুপ্লুরি। তুমিন্না লৈবা হৈনত্রবা খুৎ অনিসিনা মহাক্কী হকচাংগী শরুক খরদা শিন্নদুনা থম্লি। মিনিট খরগী মতুংদা রা লান অমত্তা ঙাংনদনা ওন মশাদা ইল্লিবা ফি মতেক অদু লৈমায়দা শাংনা থারগা "করম্না তৌ হায়রিবনো ?" হায়রম্লগা মহাক্তি মহাক্লা থাজরিবা ফি মথক অদুদা হিপথত্রে। ঙাইহাক অদুদা মহাক অসে ঐগী লেংদ্রবা পুন্সিগী লোইনবী অমওম্না মহাকপু লোইনদুনা অহিং অদু হৌথিবা খংহৌদনা লেনমিন্নরি। য়েংউ মহাক্লা কদায় ফাওবা তৌবা ঙম্বগে হায়বদু। মুংশিবা মহাক্কীদমক্তদি হায়দুনা নৌরিবী মুপী ওইবীগী পুন্সিদা মশাগী ইজ্জৎপু করিস্তু ওইদনা খন্দোক্কুনা অহিং কয়া তক্কনা উনদুনা মহাক্লা মুংশিজরিবা নিপা অদুগী মনিং থুংনবা হোৎনরিবা মহাক্কী রাখল, খন্দুনা য়েংউ বীনা মহাকপু কয়ম্না

মুংশিরোইদৌরিবনো ? অওইবমক্রি মহাকপু ঐনা মুংশি । মহাক্কস্ত মহাকমক্কী থরাইদগীস্থ ঐবুনা হেন্না লুনা চান্না তৌই । নোংমগী মনুংদা মীকুপ অমতং ওইরবস্থ মা ঐ উনৈ । উনহৌদবা মুমিৎ অদুদদি মহাক্কী রাখল লৈতাবা ঙমদে । মরম অদুনা মচিনমক্কা হায়রিবনি, মুমিৎ খুদিংগী মনাক্তা লাকউ, নহাক্কী অপাম্বা থুংহনগনি, নহাক্কী শক্তম অদুবু য়েংজরগা ঐগী মুংঙ ইরবা রাখলগী ঈপাক্তা তাওজগে হায়না তত্তনা হায়খি ।

বীনা, নহাক্না খল্লম্বা য়াই মহাক অসি ওন্থোক্লা তৌবা ঙম্বী মুপী অমা ওইরে হায়না, মদু নত্তে, মহাক্তি মহাক্কী মুংশিবগীদমক্তা খঙ্গবদা মথরাই ফাওবা পাম্মুবা লৈত্রবা মহাকনিনে বীনা । লৈকাইগী মচেম মনেমগী মীনোক মীশা কয়ানা মাগী মুংশিবগী চাং হন্থহনবা ঙমত্রবা মহাক্কী রাখম্নিনে । মাগুম্বী লৈশাবী অমনা অথেংবা অহিংদা লোম্না মপানলাংদা থোক্লনা মাগী মুংশিববু উননবগী লম্বী থীদুনা হোৎনরিবা মহাকপু তরাই তরাইনা খনবা ঙমখিগদ্রনে বীনা ? মহাক অসে মুংশি চৈনা ফংলবীনি, মুংশিববু মশক মুন্না খংলবী মহাক্নী মহাক্না কৈদৌঙৈদস্ত ঐবু থাদোক্লমদুনা মহাক্কী রাখম্না হোংখিনি হায়বসে চিন অসিনা হায়বা ঙমদে । লেপ্তবা তাইবংগী খোংচত্তা মুংশিনবগী চাংদি নোংমা নোংমগী অস্থম অস্থম হেনগৎলক্লি । মহাক্কী মুংঙাই রাখন্তদা তেল্লবা পুন্সিগী মিৎকুপ অসিদা রাখম্না তত্তনা মুংঙাইবা পোকলি মহাক অসি ঐগানি হায়না । অদুগনে বীনা মীওইবা পুন্সিগী মন্থুংদা মুংঙাইব । পন্দোল লোয়্রবস্থ অরাবগী ঈপাক্তা হেক হেক তাই হায়বসে অচুম্বনি । মুংঙাইরুরিবা অদুক্কী মতিক অরাবস্থ হেক হেক

ফংই। মতম অমদদি মাগা ঐগা উননবগী মতম ফজনা ফংলক্ষী অতুবু কদায় ঙসিদি, ঐখোয় অনি উনবগী মুংঙাইরবা মতম অদু মাংখরে। মহাক্কী অরোনবা শাজং অদু মখোয়গী মকুং অদুনা তশেংনা খংখিবনা মহাকপু চেকশিন্না থমখি। ইহাক-থক্কী মীরা মীশা লাংলে কল্লবা রাহৈ কয়া মাগী নাকোংদা তত্তনা তাবা ফংলে অতুবু পুম্নমক অদু তারবস্থ তানা তানা তাশিন্নদা মহাক্কী তৌগদবা মথৌদা পুক্লিং চংশিন্দুনা ময়াম অতুবু থাজনবা কন্না হোৎনৈ। অস্থম তৌদুনা লেল্লকপনা নোংমা য়াচংবগী মতম অমদা চিঠি অমা পুরদুনা ঐগী নাক্তা লোন্না লাক্লক্ষী। চিঠি অদু পীরম্লগা মহাক অমুক পন্থবা তৌদনা থুনা চৎখ্রে। হোয়নি মাইনি অমত্তা হায়রমদনা চৎখ্রিবা মহাক্কী মতৌ অদু খল্লুরগা করিনো হায়দুনা মহাকপু য়েংদুনা লৈহৌরে। মহাক্কী চিঠি মরোল অদুদা ঐহাকপু অথেংবা অহিংদা উনশি হায়দুনা লৌথুপ লোকোয় লৈত্রবা চন্নবা রাহৈশিং অদুনা ময়েক লানা ইদুনা লৈরমলে। মহাক্না নিং-লিবা অাশা অদু থুংননবগীদমক থেংলবা মীচীক মীরাউখোল তাদ্রবা মতমদা মনাক তান্না চত্তুনা মহাকপু উনরুই। মুমিৎ অদু ঐঙোন্দদি য়াম্না ঙক্না থোকই। মরমদি হুরানবা অমগী শাজং চপ চানা চৎলুরে। মহাক্কী লাইরিক ওরাইফম কা অদুদা থেংনবস্থ থেংনা ঐতবু ঙাইদুনা লৈরমলিবা মহাক্কী মনাক অদুমক্তদা চংশিন্দুনা ঐনা মহাকপু কৌথোক্লুরি। ইমুং অদু ঙস্মা তুমথনখিবা মতাং থোকপনা হায়নিংঙাই লৈতনা চিকখ্রে। চিক্লবা ইমুং অদুদা মাতা মঙাইরে অচিকপা অহিং অতুবু থুগাইদুনা ফম্নমলিবা। মহাক্কী ফমফম অদুদগী তপ্না হোগৎখিদুনা খুনিং কাংনা কাংনা থোরক্লুরক্

তাখিগন্না হায়বগী য়াজবনা মনিংদোন তিং তিং চোংলদুনা থোংগী শৌয়োন অদু তপ্না হাংলদুন। মপান্দা থোরক্লি। মখোয়গী শুমাং অদুগী মতাই ওইরপ্রা পাক্লবা মুং অমা থাদুনা লৈরি। মুং অদুগী মথক্তা ফম্লদুনা ঐদি মহাক্কী মতৌ অদু য়েংলি। মুংপাক অদুগী খোইনা থাগুবা মথমনি, মথম অদুদা মখল কয়াগী লৈ কয়া অমনা নিংথিজনা হৌরি। মুশি মুশিরবা থাবলগী মঙান্দা লৈশিং অদুনা তুপ্পক তুপ্পক হৌরিবদু উবদা অসুক্কী মতিক পুকনিং হুনা নিংথিজরি। শুন খংহৌদনা চংশিল্লকুনা ফমলিবা নুংপাক অদুদা মহাকসু নিংঙাইদনা ফমলরি। অসুক নিংথিজরবা অহিং অসিদা মাগী করম্বা মুংশি য়াহৈনা পাউদমগদৌরি? কৌরি মাবু খোঞ্জেল য়াউদ্রবা তপ্লবা য়াহৈনা, শুন নহাক করিসু লৈত্রবা। ঐ অমগীদমক্তা মীবা মীশা লাংলে, মত্থু পুম্নমক নহাক্না ঐবু অশেংবা প্রেমিক অমনি খনবীরবদি য়ারবসু য়ানা মতম থরদংদি য়াক্লবা তাচৌগী য়ারক য়াহৈ তাদুনা লৈখো। নহাক্না হাম্বা মুদিংমক ঐহাক্না লোইনা পাংথোকনি, নহাক্কী অনিংবসু থুংহনগনি ঐনা।

"ঐহাকপু কয়া কুইনা ইমুং অসিদা থাংদুনা লৈখো হায়রিবনো? ঐখোয়গী ইনশগী মওং অসিদা য়াম্না হৈনবক্তরে! মুমিৎ চুপ্পগী কোচি থাংবা য়াহৈ নত্তনা অতোপ্পা য়াহৈ অমা তাননবগী মতম লৈতে: মুমিৎ চুপ্পগী ইশৌত লাংদুনা লৈরবা মরক অসিদা করম্না থাংদুনা লৈগদৌরিবনো? মুতি মুমিৎ মুদিংগী কপ্পুনত লৈরবা পুন্সিনি।"

"করিগীদমক্তনো নহাক্না অদুক য়াম্না য়ারৌরম্লিবা? নহাকপু অকবা মী অমা ওইদুনা মীরক হিনবা ভম্নবা হাত্নদুনা য়ারক

ৱাতেম কয়া তৌরিবদো নহাক্কী য়াম্না লাইবক ফবনি হায়না খল্লু, মচুতনা নহাক্কী অফবা ওইগনি। অদুগনে শুন ঐহাক নখোয়গা চংলক্লরোই, ঐনা নখোয়দা তোইনা চংলক্লবদি য়াম্না অকাইবা অমা থোক্লগনি অদুগীসু মথক্তা নখোয়গী তাচৌখোয় ইনম্মখোয়গী মমাংদা য়াম্না ইকাইরে, ঐ নখোয়দা অমুক হন্না চংলক্লরোই।"

"ভাব ফরেদা ইবুংঙো, নংবু কনানা চংলকনু হায়গে নঙোন্দা।"

অদুদি কনাগীদমক্তনো নংনা চৈ চারিবদো ? নহাক্না কয়া লোত্তুনা হোৎনরবসু ঐহাক লোইনা খংই, লোইনা তাই। ঐ অসে নহাকীদমক্তা মতিক চাদে হায়রবসু খংই।"

"পুম্নমক অদু খংনা ৽ংনা নহাক্কী সেবাতবু তৌজগে হায়রুনা খজরুরিবা ৱাখল খুদিংমক অৱেম্বদা তাহনবীগদৌক্নিবরা ? নহাকপু কনানা মতিক চাদে হায়প্রবগে ? ৱাফম অদু অমুক হন্না তাহন-বিদুনা পংলবী ঐবু অৱাবদা অৱাবা হাপকৎপিগনু।"

"অদুদি ঙসি নহাক্কী অশেংবা অমত্তং........সে—হায়রো, করম্বা মুমিত্তা করম্বা মতমদা ওইরগদৌরবা ঐগী ওইগী লৈতেং মচুতনা অৱেপ্পনি।"

'করিগীনো অমুক ঙাইঙমত্রিবা ? নহাক্কীনি হায়বা খংদুনা লৈরবসিবু। বি, এগী অৱোইবা পন্নিক্কা অসিতদি থাম্বিগে হায়রুনা জৌবনি ৱায়রম্বু ৱানা।"

"হোয়, চিজ্জানমখৈদি ঐগী মঙইরেদনা।"

"থাজগন্দবা থম্মোয়না নহাক্কীনি, থাজনবা কন্না তৌদুনম্ভু

থাজরয়োইবু খল্লবদি পুম্নমক অসি থাজবিদ্রে। অদুগা নস্থংলাংগী ঐবুনা ওক্কবী।"

"অওইধরনে মীপাই চাউবী ইবেম্মা।"

"নোকমি নোকমিরবা মচিন মচাদুনা অরোইবা মাগী শৈ-হেক্তা চেপ্তক তৌনা য়েংবা মিৎয়েংনা মাগী ওই, খুল্লকলিবা পাউখুম অদুনদি তাশোন ওই, কালেন নুংশা মরক্তা শজিবু য়েন্দা নংনবা শাৎচরিবী লৈরাংনিদো তনৌবী। কল্লবা লৈতংগাই মরক্তা কালেনগী নুংশা খাংবদা পৎথরবী লৈবাকলৈগী লৈনাগুম রাখল মানদি চৈথেং পী, থম্মোয় মানদি ফোংঙমদা নোক্লা পিসি কদায়নো ওইনজবদা মশরুক ওই, ইতম্পাক্তা চিম্বান মকা লামদনা নুংশি মাগীদমক্তি লেল্লিবা মহাক অসিবু নুংশিবা হায়বদু নত্রনে বীনা?" চিম্বানমখৈ পেন্নবা কয়া অমা থীনা হায়নবা ঙম্লবসু ঐনা খল্লি মহাক অসি ঐগী লেংদ্রবা নুংশিবনি হায়না। মতম অদুদা ফোংঙমদনা ফোংদোরক্লি মচিন মচাদুনা রারৌখিনি মতাগুম নুংওল্লবা মপাউনা খুৎ অসিবু চেৎনা পায়শিল্লদুনা—"করি তৌরবগে?"

মফম অদু অস্থক্কী মতিক চিকখ্রে, তিনখ্রে খোজেল পুম্বা, মালংদা। ওইখ্রে মিৎকুপ্তা নিকুঞ্জবন। ফুগাইমা শাৎলবা জুবাগী লৈকাদা ময়াই কারবা খোইমুগী কাইদোংফম পীদুনা চুম্লি খৌবুম থম্মা জুবাগী লৈহী। অমংবা নোংগী মরক্তা থাজও মহাকসু লোৎখ্রি নিংথিবা মায়থোং য়েংজনিংদ্রে মতাগুম। নুংশিরবা লৈরাংগা লৈ-নমবু পুদুনা শিৎপা মালংবা মাস্থ নিংবা কায়খিনি মতাগুম কাইদ কাইদ হুমখরি লোইবী নাপোম তম্না নুমিৎ অদুগী নিংথিবা ফজবশিং অদু ঐনা তম্বনা মরাৎলগদবনিনে বীনা। ইচিক

হুন্নবা অহিং অত্থদা কয়াগী মতিক সুংঙাইমিন্নরিবা খম্লুবদা হকচাংদা তুচুংবা পোক্লি। নোংঙাল্লমদাই মালংবসী ইপোম লাংলবদা সুংশি সুংশি শেংনভুবা চংলগেকো লৈহোক্লো হায়রয়গা মঙোন্দগী বীনানা লোইরে। নিংঙমহোৎলবা মশিনঙ্কাং ওইরবী মহাকপু চিংনা চিংনা য়েংজহৌরমা মথৌ ওইহৌরে। ঙসাইমখেদি মিংকুপ অমা ফাওবা থাদোক্লবা তৌদনা মখুৎমক্রা ফাক্তিন্দুনা থম্নবগী পাঙ্গল লৈরম্মী। অদুবু কদায় হৌজিক্তি পুম্নমক অদু লোইখরে। খঞ্জরুবা রাখলমখেদা মঙাইহৌরে। অস্থুম তৌদুনা মতম কয়া অমস্থু হৌখরি।

বীনা, অস্থুম তৌদুনা থা কয়ানো ঐনা মাগী মফমদা হুরানবা অমগুম্না লেল্লিবা। অস্থুক তমথিরবা শাজৎ অসিবুনা ঐগীদি চান্নবা মরুপ ওইদুনা অরা-সুংঙাই পুক্সি কয়াবুম্থু হৌখিবা খংহৌদনা লেল্লি। মতম্না মিংকুপ পুংজা খুদিংগী লেপ্তনা হৌখিবগুম মা-ঐগী সুংশি ঈচেলস্থু লেপ্তনা চেন্থরক্লি। নিংগ্রম উল্লেন কয়া হৌরবস্থু বসন্ত কয়াগী পুর্নিমা থাবলনা মাংদা লেংদনা ঙাল্লরি। মাগী মশক অদুত্তবু য়েংজরগা রাখল্লা ফোংদোক্লি মচি মচি খুদিংগী মহাক অসি ঐগীনি। পুম্নমক অসি ঙম্না মাংখরে, বীনা ঙসিদি। মমাংগী মতম কয়াদা মা-ঐগী ওইনা লেনমিন্নরুবা সুংঙাইরবা পুক্সি কয়া অদু ঙম্না মাংখরে। নোংমা মানা হায়খি, মা-ঐগীত্ত ওইবা চিক্লবা মফম অমদা—"ঐহাকপু করম্না তৌগদৌরিব্লো ?" চিন অসিনা করম্না খুমদোক্লপা ঙমগনি, মাগী রাহংগী পাউখুম। ঙাইহাক খম্নবা মতুংদা ঐনা হংই—"নহাক্লা হায়রিবা রাফম, অদু ঐহাক লাম্না হংদরে ?"

“ফংলরোই নহাক্তি, ঐদি মীগী মমাংদা শিবনা ফরে।”

“ঙন, ঐহাক অসি কনানো হায়বত্তু নমিৎ লাউনা পাংথোক্লুনা অমুক্তা মুম্না য়েংউ। মতম খুদিংমক্তা নহাক্না থাজবগী ৱাংমদা খল্লিবা নিপা অদো হৌজিকস্থু নমাংদা লেংদনা লেপ্পুনা লৈরি। হায়নিংবা ৱাহৈ কয়া লৈরবস্থু চিংনবা লৈতনা হায়য়ু। করিগীনো নহাক্না লোৎলিবা? নশাগী ওইবা ৱাখলবু নশানা খংদনা ঐহাকপু খংঙ হায়রিবরা?”

“পুম্নমক অসি ঐতগী ইরাল ঙাকস্থু নত্তে।”

“কনানা নহাক্কগীনি হায়গ্রবগে, নহাক্না হায়বদা ঐবু য়াদবা য়াউগ্রবরা ঙনা? নহাক্না য়াম্না লুনা খল্লিবা ৱাফম অদু অমুক্তা হায়য়ু ময়েক শেংনা, নং ঐবু অমুক ইকাইখিবরা?”

“ঐঙম্বী লৈশাবী অমনা অসিঙম্বা ফিভম অসিদা করম তৌনা লৈগদৌরিবনো?”

“নহাকপু করি তৌরবগে?”

“হৌজিক্তি খংশিন্নররোই, পুম্নমক অসি নহাক্না থোকহল্লিবা ঙাক্তনি। মহাক্কী অনম কল্লবা ৱাঙাংশিং অদুনা ঐবু মাংথোক-পীদুনা মুপী ওইবীগী হৌনবী পুম্বা কায়রে।”

“মদুগীদমক্তরা নংনা ৱারৌরিবা? ঐতগী ৱাথম্না ওইখিবমক্তি নত্তেদনা। ৱাফম অসিদা নহাক্কীস্থু চাওরবা নরাল অমা লৈ হায়বসি নহাক কাউগ্রমান্নে।”

“হৌখিবনা হৌখরে হৌজিকপু করম্না তৌসি হায়রিবনো?”

“নরাল অদু নশানা য়ানা লৌরে অসি নত্রা?”

“হোয়, ফরে কৈদৌরবগে ঐগী ইরাল অমুক খীখীত্রবস্থু।

ঐনা অপংবী মুপীগী রাখল ওইখিবনা চোপ্না ইকাইবা নংলিবনি !" ঙন শাউখিবনা মমায় ফাওবা হঙ্গৎখিদ্রে। কপচবনা মহাক্কী পাঙ্গল ওইখরে :

"ঙন, করিগীদমক্তনো নহাক্না কপলিবা ? চন্নবী নহাক্কী মায়থোং অদুদা মিৎলু নাপোম থুন্না পিগী ঈথক হৌরিবা ঐবু করম্না য়েংদুনা লৈয়ু হায়রিবনো। পুন্নমক অসি নং-ঐ চংদুনা ফননবা শিন্নগা লোইরে। মতম অমদা অন্না-অনা থিদনা মখল কয়াগী মুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাউরুরে, মদুগী মহৈনা ঙসি অন্নাবসি নংলিবনি। অমুক রাবা অমুক মুংঙাইবা হায়বসি শোয়ফদ্রবা মপু মাগী খুৎশেমনি ; মসিদা কনাবুস্থ রারোনিংঙাই লৈতে। হৌজিকস্থ মতম য়াম্না লৈরি নহাক্না তৌশি হায়বা খুদিংমক্তা ঐনা য়ারোইদোবগী মরমস্থ লৈতে। নহাক্কীদমক্তদি মতম খুদিংমক্তা ননাক্তগী মীকুপ অমা ফাওবা লাপথোক্তনা লৈ হায়বসি নহাক নিংশিংবা থোক্রমালে।"

"হিঙ্গোন্নুং অসিগী মমাংদা শিখিবনা হেম্না ফরে। ঐগুম্বী লৈশাবী অমনা ইমান্নবীশিংগী মমাংসিদা করম্না—, পুন্নমক অসি কনাগীদমক্তনো নহাকথক্কীনি।"

"মদুস্থ খংদবা নত্তে ঙনা ইহাকথক্কী রাজরবী নহাক্নি।"

"ঐনা মীরোনবী অমা ওইবা তারবদি নখোয়গী য়ুমদা চংদুনা লৈবা ঙমজরোই। ঐহাকপু ওক্তবীনি হায়নখিরোইদ্রা মীপুম খুদিংনা। অমুক্তা খম্থদুনা য়েংবিয়ু নং-ঐগী ফিভম।"

"খল্লুদুনা করিবু কাম্নগনি, ঐহাক্না য়ারিবসিদি।"

"পামজগ্রমালে ওম্বোক্না।"

"অদুবু ইকাই হায়দুনা চেনবা য়াখিগদ্রা নহাকপো ?"

হশোই তাম্লিসে।"

"করিগুম্বা অঙাং অসিনা নিপা ওইবা তারবদি অঙাং অসিগী মমিংদি প্রেমচন্দ্র থোনসিকো গুন।"

"মহাক হেক থোল্লু, ঐনা মহাক খংহন্দনা...........।"

"করি তৌগদৌরিবা ?"

"হিদাক চাগদৌরিবা।"

"তৌবা ঙমমেদা ইবেম্মা. নহাক্না মসিবু করিগুম্বা মফম খংদনা মাংহনখিবা তারবদি মসিগী পাপকী মহৈ অদু নহাক্না ফংউকো।"

"ইরাইবক্কীনি করি তৌই হায়বগে, নিপানা অদুক য়াম্না লিংজেল পান্নিবা করিগীনো ?"

"লিংজেল পানবী ইবেম্মা ওপ্পোক্না কীরেদা ঐহাক্তি।

মতম অদুগী মহাক্কী ব্রাখল খন্দুনা য়েংউ বীনা, মহাক অসি কয়াদা তৌবা ঙমলিবনো। মহাক মথন্তগী ব্রাখম্না অসুক য়াম্না তৌবা ঙমলমগনি হায়বসি থাজবা পোল্লমদে। অদুবু কদায় ঙসিদি পুম্নমক অদু ঙম্না মাংখরে। মুমিৎ অদুদা ঐনা মাবু কয়ারক হম্না থেমথ্রবনি। অদুতন্সু নত্তনা তাবদা তুজুংবা পোল্লবা কল্ল কল্লবা ব্রাহৈ কয়া শিজিন্নদুনা মহাকপু থেমলিবনি। হায়রুবা খুদিংমক অরেম্বা ঙাক্তা ওইখরে মঙোন্দদি। মিৎকুপ অমা ফাওবা মাগী ব্রাখম্না খন্থনবগী মতম পীখিদ্রে। মাগী অনিংবা ব্রাখম্না মশাগী মথৌমক্তি খন্দুনা কনাবুন্সু তানরুবা তৌদনা মশামক্না থবক অদু পাংথোকখ্রে। থোকলিবা থৌদোক খুদিংমক অসি মবুংগী মনাক্তা লৈনা লৈনা থোকখিবা ঙাক্তনি। পুম্নমক অসি ঙসি ফাওবা খংখিবা লৈখিদ্রি, নিংশিংবদা কাউবা ঙমলরোইদবা মুংশিবগী

ময়েক লারবা খুদম কয়ানা মা-ঐগী সাক্ষী ওইদুনা শাংলবা মতম কয়া হৌখিবা খংহৌদ্রি। অস্থুম তৌনা লৈরকপনা সুমিৎ খরনিগী মতুংদা নোংমা মানা ঐবু কৌদুনা মাগা উননবগী তেল্লবা মতম অমা পিরকই। সুমিৎ অদুদা ঐনা হায়খি—"ঙন নং ঐ অস্থুম তৌদুনা কয়া কুইনা লৈখিসি হায়রিবনো? অদুগা নং-ঐ থুংনবগী মতম অদু কয়া রাংলি? মদুতদি থংগে নঙোন্দগী ঙন।"

"ঐহাকপু কয়ম্না তৌ হায়রিবনো, কায়নবা থুংনবা পুম্নমক অসি ঐঙোন্দা ঙন্না লৈ হায়বসিস্থু ঐ থংদবা নত্তে, অদুদা –।"

"ঙন, নহাক্কী অসিগুম্বা মরৌ লৈরবা রাহৈশিং অসি তাননবগী-দমক্তরা ঙসি ঐহাকপু কৌরিবা?"

"রাখল অদু লান্না লৌবিরে, ঐহাক অসে নহাক্কী লেংদ্রবনি লেংদ্রবা। অতোপ্পা কনাগীস্থু ওইবা য়াররোই নখা পোল্লবী ঐহাকনি, করম্বা মতমদা ওইসিগে নহাক্কী ওইগী লৈতেং মদুতদি হায়য়ুনে ঐঙোন্দা।"

"অদুদি নহাক্কী পরিক্ষাগী অরোইবা সুমিত্তা, সুমিৎ অদুনা অফবা ওইগনি নংগী; মফম অসিমক্তদা ঐনা নহাকপু ঙাইদুনা লৈরমলগে।" ঙন ঐহাকপু চিংনা য়েংদুনা মায়থোং মকাদি লামদনা অদুম্মক লৈহৌরে।

বীনা, উনশাতনা কুপ্পা মীওইবগী পুকচেল্লি, কনানা খংবা ঙমগনি। ইখুৎ চনত্রিবমখৈ ঐনা মাবু থাজবা ঙমদে। সুমিৎ অদুগী অরোইবা রাফম তক্লরকপদা মরোল নাইবা রাখন্না চিম্বান-থোংদা মুংশি শাদুনা ঐব ওম্নতৈনবা মায়গৈদা পুগদবগী হোৎন-রিবা মাগী রাখল্লি। চেনবা য়ারক্লবা মতম অদুদা হায়নিংবা

রাহৈ কয়া অমা হায়রগমদনা রাখল কোকখোংনভুনা লৈহৌরিবা মহাক্লি। অদু া। লোইননা ওসি মঙোন্দদি উনরিবা মুমিৎ অসিনা অহৌবা অমদি অরোইবা মুমিৎ ওইরগে খল্লবনি মাগী রাখন্দদি। মুমিৎ অসিদা মা-ঐনা চেৎনা চান্না রারী কয়া শানরবস্ মাগী থম্মোয়দা মরোন নাইবা রাখল অমনা কোংদোক্তনা লৈ হায়রবসে চিংনদবা ওমদে। অদুগা বীনা মাগী অসিগুম্বা পুকচেল অসিবু কয়া কুইনা লোত্তুনা থম্বা ওমগদগে—নোংমা নত্রগা নোংমা শোয়দনা ফোংদোরকখিগনি ঐগী ইফমদা। মতম অদুদা মানা শোয়দনা হায়জরকখিগনি ঐঙোন্দা মহাকপু ঙাকপীয়ু হায়না। মতম অদুদা ঐনা মাগী ঙাকপিফম থোকত্রবা মরাল অদুবু খোংগাওনদুনা নোক্লা নোক্লা য়েংগে হায়না খনখি।

মুমিৎ অদু কাউদরি, শজিবু থাদনি। এপ্রিলগী তাং ১৭ নিংথৌকাবা মুমিত্তনি। হায়নখিবা মতুং ইন্না পরিক্ষা লোইবগী মুমিৎ অসিমক্তদা মাগী মফমদা চৎতুনা ঐনা মহাকপু ঙাইরুরি। বীনা, মুমিৎ অদু মহাকসু হায়নখিবা মতুং ইন্না মহৌশাগী উনফম মখোয়গী মনিংগী পুথ্রিময়া অদুমক্তদা থোরক্তুনা ঐতবু ঙাইহুনা লৈরমলি। অহানবমক্তদা ঐনা মাবু তরাম তরাম কৌরুরি—"গুন, নহাক মফম অসিদা লৈবা কয়া কুইরবগে ?"

"থোরকপদা ঙায়রিসে, নহাকপু কনাগা লাকমিন্নবগে নথন্দরো ?"

"লেংত্রবা নহাকী রাখন্না মাংদা লেপ্লবদবু কনাবু হৌরু-গনি ঐনা।"

"অওইবরনে ?"

"হৌজিকপু ফাগি অমুক তৌরুখিগন্রা মঙোন্দা।"

মফম অদুমক্তদা মহাক্না ঐবু অসুক্কী মতিক লুনা চান্না তৌরি। য়েংঙ্উ মহাক অসে কয়াদা মুংশি হৈরিবনো! চানবীহৈবী মাগী মুংশি রাহৈশিং অদুনা ঐহাকপু শুমহৎপা ঙন্নক্তুবদা ফোংঙমদ্রবা রাহৈ কয়া চিন্বাম্থোংদা ফোংদোরক্নি—।

"তা-তোন নহাক্কী নফমদা করম হায়না পাওদমসিগে ঐনা। মতম খুদিংমক্তা নহাক্কী সেবাতবু তৌজগে হায়না নিংজরক্লিবা ঐহাক্নি, অদুবু ঙসিদি........।"

"কৈদৌবা শুন!! নহাক্কী রাফম অদুবো? অদুন্না নহাক্না ঐহাকপু মুংশি হায়বদো? শুন নংদি ঐবু চংনা হাৎলেদনা। মতম অমদা নহাক্না ঐবু নংমক্কী...........ঙসিদি কদায়? নহাকথক্কী ঐনা চোপ্পা, ইকাইবা কয়াদা নংথ্রবা। ঙসিনা নহাক্না করিম্থু লৈত্রবা লুকমাইদা হাপ্তুনা য়োনবা শাম্নপোৎকুম খল্লবা। অদুরনে শুন নহাক্কী মুংশিবগী জগৎ!! হায়য়ুনে শুন নংঙম্না তৌবঙম্বী মীহাৎপী কয়া লৈরমখিগদগে জগৎসিদা? য়ুমথোং য়ুমথোং খুদিংমক্তা কোয়না চত্তুনা খিরুবদা ফংখিগন্রা নংগুম্বী মুপী কয়া?"

"মান্নি, ঐহাক মীহাৎপীনি।"

"মুপী ওইনা পোক্লগা করিগী অদুক মমল য়াউহনদ্রিবনো?"

"অচুম্বনি নহাক্কী নফমদদি ঐহাক অসে মমল য়াউদ্রবা পোৎশক অমগুম্বনি।"

"শুন নহাক ঙসি মুংশিববু মীনমলবরা? হৌখিবা মতম কয়াদা নহাক্কী অসিগুম্বা পুকচেল অসি চেন্নমগনি হায়বা খংলমলবদি

ঐনা ঙসি নহাক্কী নফমদা চোপ্পা ইকাইরা কয়া নংঙ্গিবসি নংলম-লোইদবনি।”

“তা-তোন পুন্নমক অসি ফজ্রবা মীহাৎপী ঐগী খুজিন্দগী থোক্লিবা ঙাক্কনি। তা-তোনগী নফমদা নচন্না পাপ কয়া লংজগ্রে।”

“নহানমখে নহাক অসিবু জ্ঞান লৈবী, লৌশিংশিংবী, য়াম্না চীংলেম্বী মুপী অমগুম খল্লম্মী, অদুবু কদায় ঙসিদি নহাক তম-থীরবা শাগী পুকচেল চেল্লে। অদুবু মুপী ওইবী নথোয়গী লেমজনফম শাজৎলনে গুন ?”

গুন উপাই লৈজদ্রে হায়বগী মতাগুম কপচবনা মাগী শরুক থংলবী মহাক্লি। অদুবু তৌবা ঙম্লবী মহাক্কী মচিল অদুদগী তপ্লবা খোঞ্জেল অমনা—“তা-তোন নচনবু অমুক্তা ঙাকপীয়ু।”

“শাজৎ নাইদবী নহাকপু ঙাকপীবা !! নংনা মদু ঐঙোন্দা হায়গদবা নত্তে নংনা পামজনা খল্লিবা নংমক্কী পুন্সিগী মরুপ ওই-রগদৌরিবা নহাক্কী নিপা অদুদা হায়জো অদুতনা মহাক্কী অফবা ওইগনি। অদুগা ঐনা ঐগী পুন্সিদা থেংনরুরিবী মুংশিজরবী মহাক অদুগী প্রতিমাদি ঐগী থম্মোয়দা লেংদনা ময়েক লানা তাদুনা লৈখিবনা মাবু ঐনা কাউবা ঙম্লয়োই মরম অদুনা প্রতিমা অদুবুদি ঐনা শোয়দনা ঙাকপিগনি গুন।”

মহাক্কী মিৎকপ খোঞ্জেল মরক্তদা কল্ল কলবা রাহৈ কয়ানা ঙাংনরকপা খোঞ্জেল অদুদা মখোয়গী হিজোমং অদুদা তানয়রদুনা মকম ইখং খংহৌদনা মা-ঐনা লৈরিবা মায়কৈ অদু তমদুনা অপুনবা খোঞ্জেল অমগা লোইননা ঐহাকপু তায়রক্লে। তায়রক্লিবা মীয়াম অদু উবদা ঐহাক্না মহাকপু মীহাৎপী লৈহৌয়ো চঙলগে

হায়রম্লগা মফম অদুমক্তদা মহাকপু থনমলে। খুদক অদুমক্তা মফম অদু মীনা পুমলাং লাংনখরে। বীনা, য়েংউ কয়াদা তমখিরবা শাজৎনো ? ঐবুনা সমাজনা করি হায়না ঙাংনরিবা। লমচৎ নাইদবী ওক্ত্রবী মহাকপু থেংনরুবদগী কয়াদা চোপ্পা, ইকাইবা নংলিবা। ইমুং অদুদা তিল্লিবা অহলশিং অদুনা মা-ঐগী লমচৎ খংলম্বা থোক্লবদি কয়াগী মতিক মুংঙাইবা। অদু নৎখিদবনা ঐবু ঙসি তিল্লিবা মীয়াম অদুগী মমাংদা ইকাইবা কয়া পীদুনা মখল অমগী দণ্ডি পীরি। খল্লুবদা য়াম্না ইকাইনিংঙাইনি বীনা। অসিবু ঐনা মাবু মুংশিরুবগী মহৈরা, পাপ্পা ? মা-ঐত ঙাইরিঙৈগী মতম অদুদা শেংলবা থম্মোয়মুংগী রাহৈ খরা অদুনা ওইনচাউবী মাবু পেলহন্নবা থেম্বা ঙমদ্রবস্থ ঐগী অশেংবা থম্মোয়না মহাকপু মুংশি হায়বসি মা ঐ উনখিবা মুমিৎ অদুনা সাক্ষীনিনে বীনা। রাখল মরিক অমা ফাউবা খম্থবা ঙমজদ্রব। থেল্লবা মহাকী রাখল অদুনা মুংশিবু শান্নপোৎকা চাংদম্নদুনা মথোৎ কারকপগী পুন্সিবু থুংহনিংবা মফমদা থুংহনবা ঙম্নবা হোৎনবদা মঙোন্দদি য়াম্না লায়না থোকই, অদুননি ঙসি মহাক্না অস্থক তমথিরবা ফিভম অসি য়ৌনা খুৎশম্ন-দুনা পুরক্লিবা। নংনা খল্লম্বা য়াই মহাক অসি ওম্থোক্না তমথিরে হায়না। পুন্নমক অদু ওইথোক্তবস্থ নত্তে। মহাক্তি মুংশিবগী মফমদা মমিৎ তাংলবা মী অমস্থ ওইবা য়াই। তরু তরুনা পাংলিবা পাখং কয়াগী তুংনফম ওইরিবা মিৎ অনিদুনা পাখং কয়াবু কোয়না লাং থাক্তুনা ফারিবা মহাক্নি। মিৎম্না অনিদুনা সংসার অসিদা মুংশিবা হাগ্নবদু কদায়নো হায়দুনা লৈদুনা অমুক্তং রেংলম্নবদি শোয়দনা উরমগনি মঙোন্দস্থ মুংশিবগী লারবা শক্তম। চম্মু নিঙোন

অমা ওইবগী মথোৎ কান্নকপগী পুন্সিদা করম্বা মখলগী খোঁদাং য়াদুনা মহাক্কী তৌবা ঙম্বা শক্তি উৎখিবা মদুস্থ শিংথাবদা লোইবা নাইদ্রোই। মহাক্না উৎখি হৌজিক্কী সমাজদা ময়েক লানা— অপাম মুংশিগী থাক্তা ফোংঙমদ্রবা ফত্রবা মুংশিবা কয়া শেৎনা ইম্নফিগুম মরোল নাইনা থম্বগুম মখল কয়াগী মুংশিবা লৈ হায়না। মসি মানা ঐঙোন্দা চিম্বানথোংদা ফোংদোক্লমদ্রবস্থ থবক্না উৎতুনা তাক্লম্লবনি। মুমিৎ অদুদগী ঐহাক অসে মিৎ পাংলে। পম্থুংফম খংদ্রবা পুন্সিসিদা মখল কয়াগী অরাবা থেংনরুগদোরিবা ঐহাকপু মহাক্না কনবীরমলে। অসিনি মাগী থোইদোকপা মগুণ অমনা। মানা ওসি পুম্নমক অসি করিস্থ ওইদনা খনখিদুনা য়াম্না চীং-লেম্বী মুপী অমা শাদুনা মাগী পুন্সি লেপ্লবী মহাক্নি। মহাকথক্কী কায়না মৈশা লাংহৌরে ঐনা। ওইহৌরে মহাকথক্কী মীঙম্বা, তৌবা ঙম্বা, মতম অদুদা ঐহাকপুনা করম্বা মখলগী মীওই ওইনা লৌখিবা অদুগা মহাকপুনা করম্বা মখলগী মীওই ওইনা সমাজ অসিনা শকখংনখিবা। মতম অদুদা হায়নখি মহাক অসি ওক্তবী শাজৎ নাইদবীনি হায়না। মতাং অসিদা ঐনা হায়নিংই বীনা, মিৎকুপ অমতংগী ওইনা মুংশিজরুরিবা মহাকতুগী নিংবা থুংনবা হোৎনরিবা মহাক্কী রাখলনি। মহাকপু করম্না ওক্তবীনি হায়সিগে বীনা, মীনা তম্বা ঙমদ্রবা মহাক্কী তোপ তোপ্না মগুণ অমা চেপ্লবী মহাকন্নিনে। ওসি মহাক্না পুম্নমক অসিবু মীনমদুনা নিংঙাইবা লৈতনা মহাক্না মাগী পুন্সিদা লৈশাবী অমগুম্না লেপ্লক্লি। অস্থুক চাওখৎলবা সমাজ অসিবু করিস্থ ওইদনা খনখিদুনা মবুং মোপ্পা লৈদ্রি হায়বা খন্দনা নিংথা তম্না লৈবা ওম্নবী লৈশাবী শাবী মহাক্কী রাখনবু অনেম্বা থাকীনি হায়গদ্রনে বীনা?

বীনা—হৌগ্রবা থৌদোক কয়াগী ব্রারীদি চিংথদনা তাজবা ফংলে, মাগী লৈশাবী অমা ওইবগী নৌরবী মুপীগী পুন্সিদা কন্নাদা তৌবা ঙমলিবনো! শেংলবী মৈতৈ মুপী কয়াবু মহাক্না মিংচৎ থিহল্লে। মিংচৎ থীহনবদা নত্তনা ওক্তবী, শাজৎ নাইদবী মীওই অমগুম মীপুম থুদিংগী মিত্তা উইহল্লে। মাগুম্বী ওক্তবী কয়া লৈবদগীনি ঙসি মুপীবু সমাজনা হস্থবা থাক্তা থম্বীরিবা চাউখৎপগী লম্বী পুরকপদা মুপী ঐখোয়স্থ শরুক য়াফম থোকই। মুপী নিপা অমত্তা ওইনা পুন্না নোম্মিন্নবদা চাউখৎলোইদবগী মরমস্থ লৈতে। অদুবু কদায় মহাক্নীদি—? লৌশিং-শিংবী লাইরিক লাইশু হৈবী মুপী অমনি হায়বদায় ? মহাক্না বি, এ ফাওবা তমলুরিবা মহৈ অদুদি ফগ্রবা অসিগুম্বা শাজৎ অসিবু পুশল্লরুবগীদমক্তরা ? লাইরিক হৈবী মাগী মফমদগী তমজনিংঙাই ওইবা শাজৎপু অসিন্ননে ?

রোমেশ—বীনা, নহাক্না মহাকপু য়াম্না শাথিনা খল্লে, মদু নত্তে - মহাক্তি ওক্তববু ময়েক শেংনা সমাজসিদা পুথোকপা ঙম্মনবগীদমক্তা লময়াল্লম্বতনি। মহাক্নী শাজৎ অদুতনা মাংদা লেংদনা থম্বা ঙন্নবতদা ঐখোয়না অশেংবা হায়বা পোৎশক অদু পুথোকপা ঙমগদৌরিবনি। মহাকপু ওক্তবীনি হায়দুনা চৈবীবগী মহুত্তা পংলবা মীওই কয়াগী মমীৎ পাংহল্লগ্নে হায়না খনসি ; মদুতনা ওইসি থাগৎ ব্রাহৈ—মুংশিজরুবগী মাবু ঐনা।

বীনা—মহাক হৌজিক লৈশাবী ওইদুনা হান্নগী মতৌগুম্না অদুম্মক ময়ুমদা লৈরিবরা, মদুতগা খংজগে।

রোমেশ—বীনা, মহাক ঙসিদি অনৌবা শাজৎ অমা হোংখরে। সংসারগী য়ুম পানবগী মুংঙাইবা হায়বদু মশক খংলদুনা মুপী

অমা ওইবগী শাজৎ চত্তুনা য়াম্না চিং-লেম্বা মশক মত্তৌ ফজবা, মতিক চারবা নিপা অমগী ওইগী লৈতেং ওইদুনা অৱাবা মশক খংদনা য়ুম অমগী মৌ হায়বদু ওইদুনা মপূৰোইবগী সেবাদা পুক্লিং চংদুনা লৈখ্রে। মাশুম্বী মশক মতৌ ফজবী, মহৈ-মশিং হৈবী মুপী অমনবু তাহৌখিগদ্রনে বীনা? অদুগা বীনা, মতম অদুদা মহাক্লা নিপা অদুবু করম্না থেংনরুৱিবা মদুস্থ ঐঙোন্দদি য়াম্না ঙক্লা থোকই; মরমদি নিপা অদুগী ফীভম মূর্ত্তি উরুরগা অদুক হাক্লা হৌজিক মতমগী ইৱাং য়াওবা নহা অমগী ফীভমস্থ মান্দে। স্কুল অমগী মকোক ওইবা ওঝা ওইদুনা অঙাং কয়াগী মহৈ-মশিং তম্বীবদা ৱারক-ৱাতেম কয়া তৌদুনা অঙাংশিংবু শেম্বী শাবীবনা মহাক্কী মথৌ ওইরি। অসি য়োৌনা মতিক চারবা স্কুল অমগী মকোক ওইনা পুরিবা ওঝা অমনা ৱাখল ইখল খন্দনা মুপী অমবু হেক্তা হায়ন-শিংনদুনা লুহোংদুনা লোৌগনি হায়দুনা লৌরিবা মহাক অসিবু মহাক্কীনি হায়দুনা ৱাখল মরিক অমা ফাওবা খন্থবিবা ঙম্বা মীওই অমত্তা লৈত্রবনরা; মহাক্লা ওক্তুবী মুপী অমবু মহাক্কীনি হায়-দুনা মনাক্তা হেক্তা থমলিবা। পুন্নমক অসি কনাগীস্থ মরাল নত্তে। মুংশিববু মীনম্লবী মশাগী মরাল খুদিংমক লোত্তুনা থম্বা ঙম্লবী মহাক্কী ৱাখন্দগী পুন্নমক অসি ওইখ্রিবনি। ফনা জ্ঞান তাবা নিপা অমা ওইদুনস্থ মহাক্কী অহানবা মুংশিগী শৈশক্তা কনাগী থম্মোয়না খাংদুনা লৈথোকপা ঙমগনি। তঙাং তঙাংলবা চিম্বান্দা মরৌ লৈনা নোকপী মহাক্লি, তরু তরুনা পাংলিবা মিৎস্না অনিনা পাখং কয়াগী থম্মোয় হুনিংঙাই ওইরিবী মহাক্লি; অদুদবু করম্বা কনাগী থম্মোয়না খাংদুনা লৈথোকপা ঙমগদগে? মশাগী মরাল

খুদিংমক লোৎখিদুনা ঙসি শেংলবা নিপা অমগী মফমদা মশাবু মীনমলে হায়বা খংনা খংনা মশাগী মরাল খুদিংমক লোৎপা ঙম্নবী মহাক্লি। ঙসি অসিগুম্নবা মহাক্কী তৌবা ঙম্নবী শক্তিগী মথাদা নিপা অমবু করিস্ক লৈতনা ফাবা ঙমলি। অসিনি মহাক্কী তৌবা ঙম্বা শক্তি; অসিনি মহাক্কী থোইদোক হেন্দোকপা মুপী অমা ওইবগী মগুণ। বীনা, মহাক অসি মশাগী মরানবু লোৎনবা হোৎনবদা ৱাজম্নবী মহাক্লি। মহাক্কী ওইনা পুন্সিগী লোইনবী ওইরগদৌরিবা নিপা অদুগী মফমদা হৌদোং তুমিল লৈবী শাদুনা মহাক্লা ঙসি মহাক্কী পুন্সি লেল্লি। অসি য়োরবা ফীভম অসিদা মহাকপু মুংশিদবা ঙমলিবরনে বীনা? লৈবু লৈমিন্ন-রবদি হৌদোংদস্ক মুংশি হায়দুনা মহাক্কী মরাল অদু খংদবনা মহাকপু অস্থক্কী মতীক লুনা চান্না তৌদুনা লোইনশিবা মহাক্লি। পুন্নমক অসে নিপা অদুগী মরাল ওইগদ্রনে বীনা?

বীনা, খংবু খংদ্রবদি উবু উদ্রবদি মহাক অদু মমিৎ তাংলবা মীওই অমগুম্বনি, মহাক অদুগী মফমদা ওক্কবা কয়া তৌরুদুনস্ক মহাক্লা উগদবা লৈতে। উবু উরুদ্রবা খংবু খংউদ্রবদি পুন্নমক অসি করিস্ক লৈতে; অদুমক্তনা মাবু ঙসি লোইনদুনা লৈমিন্নবা ঙমলিবনি। অদুবু নত্রবদি খুদিংমক অসি!!

মতমগী মতুং ইন্না পুন্নমক অসিগী ৱাংমদা মখোয় অনিগী মমিত্তা মুংশিজরবা অহানবা মচানিপা অমা পোক্লে। পোক্লিবা অঙাং অদুগী মমা মপা ওইবশিংগী থম্মোয়দা কয়াগী মতিক মুংঙাইবা করম্নবু হায়গনি নঙোন্দা। ঙন অদু ঙসিদি মমা অমা ওইবগী মচাগী মুংশিবা প্রেমদা তাউদুনা মপুরোইবগী নাক্তা লেংদনা

লৈরি। অসিদনি ঐনা নঙোন্দা খংহনগদবা। অদুগা নহাক্না তানিংলিবা অমদি খংনিংলিবা ৱারী অদুস্তু মতাং অসিদা লোইরে বীনা! মশাগী মরালবু লোত্তুনা থম্বা ঙম্নবী লমচৎ নাইদ্রবী মহাক্কী ৱারীদা মতম হৌখিবা খংহৌদনা ফনা য়াম্না থেংলমলে মীৎকুপ অমতং ওইরবস্তু পোথানবা তৌরসি বীনা।

বীনা—ফরে কৈদৌবগে, অদুগা মহাক্কি পংলবী লমচৎ নাইদবী নুপীগী মপোকনি হায়না খনবীদুনা নুংঙাইতবা ৱাখল পুম্বা থাদোকপীদুনা নুংঙাইনা পুন্সি লেনবীয়ু কৈদৌবগে?

অদুতনি ঐহাক্কী ৱাখলস্তু বীনা।

লোইরবা